# মাও সে-তুংগী

## রাজনিতিগী লম্বী

—:[0]:—

সোভিয়েট রিভিউ নং ৫০, জুলাই ২০, ১৯৬৮ দগী

কমরেড মুতুম জানকীনাথ সিংহনা হন্দোকপা

মমল পৈশা '৭৫ তনি

চীনাদা চৎথরিবা

# "কলচারেল রিভোলুসন"গী মওং

"কলচরেল রিভোলুসন"গী ফিরাম মথাদা মাও সে-তুংগী কাংবু অমনা রাজনিতিগী ইহৌ অসি মথল মথা অয়াম্বা রাজ-নিতিগী শক্তিশিংগী মরক্তা অমগা অমগা থেঙাইনদুনা লোইশিনবা অদুগুম্বা থাক কয়ামরুম হৌরে।

শোক ১৯৬৬ য়োরকপদা লৈবাক অসিগী (চীনাগী) অর্থ-নিতিদা শাথিনা খুদোংথীবা ফিভম ওইরকপা অদুগা মহাক্কী বিদেশিক নিতিদা ফেল ওইবশিং অদুদা পার্টিগী মনুংদা ১মসুং প্রজা-শিংগী মরক্তা য়ামনা পেল্লদবা থোরকখি। রাজনিতিদা থর হেন্না চাম তারবা কাংবুশিং অদুগীসু মথক্তা দেশ অসিগী শেল থুমগী, কলচরগী, দেশ ঙাকশেমবগী (দিফেন্সকী) অমসুং অন্তর্জাতিক্কী মরি পুন্নমক্তা শিল লাংবগী মরম পুন্নমক্তা দায়ি ওইরিবা পার্টি ১মসুং ষ্টেটকী লুচিংবশিংনা লৈবাক অসিদা থোকলিবা থৌদোকশিং অদুগী মরমদা লাংতকনবা হেনগৎলকই অদুগা মাও সে-তুংগী হেক্লিনমনবা পোলিসি অসিনা অসুম চৎথরবদি চীনাদা চাউরবা অমাংবা অমা থোকলরগনি হায়বসি খংলম্মী।

অসিগুম্বা রাখলশিং অসিনা মথন্তনা শুপনা শক্তি পায়-শিল্লিবা অদুদা অকিবা পীবতা নত্তনা মহাক্কী রাজনিতিগী পাউ-তাকশিং অসিনা লাকদোরিবা "চহি লিশিং লিশিং অসিদা" মহাক্কী

মমিংবু শিত্রবা ( অমর ) ওইহল্লগনি, অদুগা চীনগী প্রজাশিং ১সুং মাওইবা জাতিগী থাজবগী হুন্নী ( খুদম ) অদু মহাক্কী মমিংনা ওইহল্লগনি হায়রনা মহাক্না য়ামনা রাংনা থাজরিবা অদুগুম্বা মহাক্কী ( মাওগী ) রাজনিতিগী পাউতাকশিং অদুদসু অমাংবা ওইরগনি হায়রবসি মাওনা উরম্মী। অসিগুম্বা রাখলশিং অসিনা তশেংনা লমজিংহনা মাওগী কাংবুনা "কলচরেল রিভোলুসন" অসি হৌরকপনি। কাংবু অসিগী আশাদি অহানবদা ওপোজিসনগী রাখলশিং অদু নমথনবা অমসুং মাওগী কাংবু অদুগী অশুপ্পা দিক্তেটরসিপ অদু অন্নুম চৎথরকপদা মতুংদা অপনবা য়েথাইবা লৈতনবা; অনিশুবদা প্রজাশিংগী রাখলদগী মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী অচুম্বা অদু মুথৎখিনবা অমসুং লৌনা হৌরকলিবা নহারোলশিংনা "মাওগী রাখলশিংদা" ওাওনা ইন্দুনা লৈহল্লগা মহাক্কী অচৌবা শক্তি পায়বগী পোলিসি অদু শোইদ ওামদনা শাংথনা লৈহনবা য়াননবনি।

আশা অসিনা মাং থারগা মাও সে-তুংগী কাংবু অসিনা লাইরিক লাইশু হৈতবা মশিং য়ামলবা প্রজাশিং ( চীনাদা প্রজা ৩০০,০০০,০০০ দগী হেন্না লাইরিক লাইশু হৈতে) অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা প্রজাশিং অদু মরু ওইনা নহারোলশিং অদুবু জাতিগী ওইবা রাখল অমগী মথক্তা পুনশিন্নবা ফোংনা হোৎনরি। অতে লৈবাক্কী প্রজাশিং অমসুং জাতিশিংদগী চীনাগী প্রজাশিংনা মীশিং হেন্দুনা মথক থোংবগী রাখল অসিদা তোংলগা রিয়েক্সনারি ওইবগী রাখল পুখৎনবা হোৎনরি। চীনাগী মীশিং মিলিয়ন কয়ামরুম অসিবু কাংবু অসিগী অপাম্বা অদু পাংথোক্নবা হোৎনবদা মমিৎ তাংহল্লবা, অচুম অয়ান থীবা ওমত্রবা খুৎলাই অমা ওইনা শিজিন্নবা য়ানবা

হোৎনরি। মাও সে-তুংবু লাই ওইনা থলহনবা, অশাবা লাইগী মুত্তিশুম থাজৎপা, মহাক্না স্কোলার অমা ওইনা ওাংখিবশিং নিংশিং-হনবা, দেশ মনুংদা লানগী ইরাং কনখৎহনবা, প্রজাশিংবু কিহনবা, ওইদবা কয়া লোৎশিন্দুনা থম্বা, অমস্তুং বোদরগী লমশিংদা লোম্লবা লৈবাকশিংগা ঘটনা খর থোক্লবা অদুদা প্রজাশিংবু শাউগৎহনবা অসিনচিংবা অসিনা কাংবু অসিগী উদেশ্যশিং (আশাশিং) অসি থুংলনবনি।

শাসন পাম্লরিবা কাংবু অসিগী হেল্লিনবা পোলিসি অসিদা পাটি অপুন্বনা অমস্তুং চীনাগী শীনমীশিংগী মরক্তগী মরু মরু ওইবা কাংবুশিং অদুগী সপোর্ট অদুদা থাজবা শুমদবদগী মাও সে-তুং অমস্তুং মহাকপু শোগৎপা কাংবুশিং অদুনা হিংসা ১স্তুং শক্তি শিজিন্নরকই, থুজিক্তুং পেন্দবা ১স্তুং চিংনবা ফোংদোরকপশিং অদুবু হেক্তা দন্দি পীবা হৌরকই। অরানবা রাখলদা মকোক ওাওহল্লবা নহারোনশিংগী হেক নিংগুকপগা শিজিন্নবা য়াবা শেমগৎলবা লানমীশিং অমস্তুং আর্মিশিং অসিনা প্রজাশিংবু নমথনবা মরু ওইবা থুৎলাই ওইরকই।

মাও সে-তুংনা নিংথিনা শেমশাদুনা মীহাৎপদা হৈনরবা ওর্গে-নাইজেসন অমা দরকার ওইরম্মী। মহাকনা মাদু শেমগৎলগা অহানবদা পাটিদা য়াউবা লাইরিক লাইশু হৈবশিং অদু ইহান হান্না মনম নম্ম নম্মদুনা পুথোকলগা দন্দি পীননবা হোৎনরম্মী। মহাক্কী অপাম্বা অসি থংহোদনা থোরকপরা? নত্তে, মাদু নত্তে। পার্টিগী লুচিংবা অদুগা প্রজাশিংগী মরক্তা শক্তি ১স্তুং ইজৎ চাউনা লৈরিবা সরকারগী লুচিংবশিং অদুদা মাও সে-তুংনা হেক্তা য়েবা (থেংজিনবা) ওয়ক্তবা অদুদগী থোরকপনি। মসিনা চীনাদা 'বুর্জো-

য়াজি কলচরগী মায়োক্তা মীয়ামগী ইহৌ" অমা ওইনা "কলচরেল রিভোলুসন" হায়বা শ্লোগান অসিগী মরুম থুপ্তুনা, লোত্তুনা চৎথ-রিবা রাজনিতিগী ইহৌ অসিগী অচুম্বা অহ্ন তাকলি। তৌইগুম্বসুং শাসন পায়রিবা কাংবু অসিনা মতিক চানা শক্তি লৌশিল্লবা অহুগা নিংঙকপদা শিজিন্নবা য়াবা নহারোনশিংগী লানমিশিং ( সোক দিটাচমেণ্টস ) শেমগংতুনা লৈবাক অসিদা মৈশা হেনগৎহল্লবা মতম অহুদা মখোইগী চৈকু অহু পার্টিগী ১স্নুং সরকারগী লুচিংব-শিংগী মথক্তা ফুবা হৌরকই। মাসিগী মাংলোনবা থুকম অহু চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী ১১শুবা প্লেনারি মিটিং অহুনা পীগ্রবনি। মিটিং অহুদা তাগ্রিবা রারেপশিং অহু য়ামনা শাথিবা মওংদা নমহুনা লৌখিবনি। "বুর্জোয়াগী লম্বী ইল্লিবা" মখোইশিং অহু-দগী শক্তি লোথোক্কদবনি হায়বসি মাওনা পুখৎলকখি। অসুম্না লাউথোকপা অসিনা বিদেশিক নিতি ১স্নুং লৈবাক মনুংগী নিতি-শিংদা ফেল ওইরিবশিং অসিগী দায়ীদগী মহাক মশাবু নাম্থোকহনবা ঙমখি। ফেল ওইরিবশিং অহুদগী প্রজাশিংনা পেন্দবা অহু মাওগী কাংবুনা মখোইগী য়েক্লবা ওইরিবা পার্টিগী লিদরশিং ১স্নুং ষ্টেটকী লিদরশিং অহুদা ইস্থোকখি। তৌইগুম্বসুং মখোইগী নিংথিনা হৈ-শিংলবা চলাকশিং অহুগী মহুত্তা মাওগী কাংবুনা মখোইগী থবকী প্লান ( থৌরাং ) অহুদগী অশোইবা অহুদি মপুং ফানা উবা ঙম-লমদে। মাওনা পুমহোং হোংবা অমা পুরকপা ঙমলমদে। মাহাক্কী কাংবু অহুমা পার্টি ১স্নুং ষ্টেট লিদরশিংগী চাউরবা কাংবু অমগা থেংগাইমবা তারম্বী। অসি পুমনমক অসিদগী হেল্লা মরু ওইবদি অর্থনৈতিক ১স্নুং রাজনৈতিক পুন্সিদা "কলচরেল রিভোলুসন"

অসিনা থুগাইরকপদা খুদোংথীবা ক্রংলিবা শীনমীশিং ১মসুং লৌমি-শিংসু লড়াই অহুদা য়াউশিন্নকলম্মী।

চীনাগী সোসাইটিনা মাও সে-তুংগী লাইনবু শোগৎপা কাংবু অমা অহুগা মাহুবু য়াদবা কাংবু অমা অমুমনা শাথিনা খেৎনরবা কেম্প অনি থোকপগী খুদম অসি দেশ অসিদা হেনগৎলকই। পূন্না য়েংলবদা মাওগী কাংবুনা থর লিংনা শক্তি থম্বা ওমলিরবী মরমদি মখোইবু য়াদ্রিবা কাংবু অহুগী অপূনবা কেন্দ্র ওইরা ওর্গেনাইজেসন লৈতবা ১মসুং রাজনিতিগী মুমফম লৈতবনি। অশেংবা মার্ক্সিস্টশিং অমসুং মাও সে-তুং কাংবুনা "কলচরেল রিভো-লুসন"গী মসুংদা চৎথরকলিবা থৌদোৌ অহুবু য়াদবা অকৈ মীওইশিং পূনমক অহু মচোই মচোই তারম্মা। মখোইশিং অহু অচৌবা শক্তি পায়রবদে অহুগা লুচিংবগী রাখলশিং অহু লৈরমদে।

মরক মরক্তা 'কলচরেল রিভোলুসন"গী প্রোগ্রেস অহুগী খুদম অসি ফোংনা খুৎলাই পায়হুনা থেংগাইনবনা ওইরম্মী। শোক ১৯৬৭ কী শরদ থাদা লম লমদা খুৎলাই পায়হুনা থেঙ্গাই-নবা অহুনা জাতি শীনবা থুংনা সিভিল রার ওইরকপগী মওং ওইরকখি। মাও সে-তুংগী কাংবুগী মসুংদা ইউনিটি রাৎনরকপা অহুনা খুদোংথীবা হেনগৎহনখি। মসুং মসুংদা থেংগাইনবা অহুনা লাম্মী মসুংদা অহুগা "রেড গার্ডস" ১মসুং "রিবেলস" মরক্তা মারবা ওয়্রমদে ১মসুং পূনশিনবা ওমলমদে। অরাপ্পা লমশিংদা থোকলিবা থৌদোকশিং অহু কেন্দ্রনা লমজিংবা ওমলমদে।

কিভম অসিদা মাও সে-তুং অমসুং মাবু শোগৎলিবা কাংবুশিং অহুনা অতোপ্পা রাজনিতিগী থৌরাং অমা লৌখৎপা তারম্মী।

অদুদগী লাম্মীশিং, "রেড গার্ডশিং" অমসুং পার্টিগী অরিবা কেদরশিংগী "বিপ্লবি ওইবা চাউনা পূনবা" হায়বা কেমপেইন অসি লৌখৎখি। কেমপেইন অসিগী উদেশ্যদি মাও সে-তুংগী কাংবুবু বিরোধ তৌরিবশিং অদু মপান্নদা শোন্থহল্লবনি অদুগা মখোইবু শোগৎলিবা কাংবুশিংগী মরক্তা শক্তি পায়মবগী দমক অমগা অমগা খেংগাইনরিবা অদু পূনশিল্লকনবনি। অস্নমনা পার্টিগী কেদরশিং অমসুং প্রজাশিংবু নমথাক তৌদুনা মতম লৌরগা মথং মথং মাও সে-তুংবু বিরোধ তৌরিবশিং অদু হাংদোকখিনবা নত্রগা রাজনিতিদগী অমসুং অতৈ থবকশিংদগী মুথৎখিনবনি।

অস্নমা হোৎনবা অসিগী থোইদোক্লা কান্নবা ফল ফংখিদে। "চাউনা পূনবা" (দি গ্রেট ইউনিটি) অদুগী চঁৎথরকপা অদুসু য়ামনা খুদোংথিবা মায়োক্নখি। মাংবু য়াবশিংগা মাহাকপু য়াদবশিংগা অনিগী মরক্তা খুৎলাই পায়দুনা থেঙ্গাইনবদুদি অদুম থোকলম্মী। মাওগী কেম্প মসুংদসু থেঙ্গাইনবদু অদুম থোকলম্মী। "রেড গার্ডশিং" অমসুং "রিবেলশিং" অসিবু লাকশিন্দুনা ফাক্তিন্নবা মাও সে-তুংগী কাংবু অসিনা হোৎনবা তারম্মী। পিপল্‌স রিপব্লিক অফ চীনাগী প্রজাশিংগী পূনসিদা মরু ওইবা মোংমা মোংমগী হেনগৎহনকদবা লান্মীগী মথক্তা অচৌবা আশা তৌরম্মী।

থোরাং অমা ওইনা পুথৎহনকলিবা "কলচরেল রিভোল্যুসন" অসিনা চীনাবু রাজনিতিগী য়াম্না খুদোংথিবা অমদা পুশিল্লকই। অসিগুম্বা খুদোংথিবা মরক অসিদা লৈবাক অসিগী সমাজগী প্রথা অমসুং তুংগী চাউখৎনবগী লম্বী লেপ্পা তারি।

থুদোংথিবা অসিনা উৎলিবদি করি করিনো? অহানবদা "কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাগী রাজনিতিগী প্রথা অদু থুগাইখরে। চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি অসি শিথ-পংথবগী অবস্থাদা লৈরে। চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ত্রেল কমিটিনা মাহাক্কী শক্তি অদু চলাইবা ঙমদ্রে। শোক ১৯৫৬ তা ফমথিবা ৪শুবা পার্টি কংগ্রেসনা খনথিবা মেম্বরশিং ১মসুং অল-টর্নেট মেম্বরশিগী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অনিদি বদনামি তৌরে ১মসুং মখোইবু 'দাকু", 'হাপু-হারাং" ১মসুং "মাও সে-তুংগী য়েরুবশিং" হায়না লাউথোকপিরে। রাজনিতিগী থবক অমত্তদা মখোইবু য়াউহন্দরে। পার্টিগী সেন্ত্রেল কমিটিগী ভাইস চেয়ারমেন মত্তাগী মনু'দা অহুমথকপু "বিয়েক্সনারি পোলিসি পুবা মীনি" হায়না খন্দোকলে। পিপলস রিপ'ব্লক অফ চীনাগী চেয়ারমেন লিউ সাওচি, অল চীনা এসেম্বীলি অফ পিপলস রিপ্রজেন্টে-টিভসকী পার্মেনেন্ট কমিটিগী চেয়ারমেন চু টে, চীনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ত্রেল কমিটিগী জেনেরেল সেক্রেটরী টেং সিয়াও পিং মখোই অহুম অসিবু "ফত্তবা কা'বুগী লুচিংবশি" হায়রে। পো-লিটিকেল বুরোগী মেম্বর ১মসুং অলটর্নেট মেম্বর অয়াম্বা "মাও সে তুংগী রাথল পরেংগী য়েরুবা" হায়না কৌরে।

"হেদ কার্টর কাপথাইয়ু" হায়না মাও সে-তুংনা হায়রকপা অদুগী পাউথুম ওইনা প্রোভিন্সিয়েল, সিটি ১মসুং ডিষ্ট্রিক পার্টি কমিটিশিং, মিনিষ্ট্রিশিং অমসুং ডিপার্টমেণ্টশিংগী পার্টি কমিটিশিং অমসুং লোকেল পার্টি ওর্গেনাইজেসনশিং পুম্নমক থিংগ্রে নত্রগা চাং নাইনা থবক তৌদ্রে। ট্রেড ইউনিয়নশিং, য়ং কমিউনিষ্ট

লিগ অমস্তুং অতৈ মীয়ামগী ওর্গেনাইজেসন পুমনমক বন্দ তৌগ্রে।

মাও সে-তুং ১স্তুং যাগী কাংবুনা পার্টিদা শাথিনা কল্লবা চৈফু অমা পীরগস্তু মাতু পুমমুং মুংথংপদি ওমখিদে। পার্টিগী মেম্বরশিংগী মস্তুংদা অচুম্বদা চেংনা লেপ্পা কল্লবা শক্তিশিং লৈরি অস্তুনা খুদোংচারকপা মতমদা চীনাবু সোসিয়েলিজমগী অচুম্বা লম্বীদা অমুক হন্না পুরকপা ওমগনি। অতোমনদি ওইরগা চীনাগী কমিউনিস্ট পার্টিগী লুচিংলিবা মকোক থংবা কমিটিশিংনা তশেংনা লেংগ্রবদি মতম থরদি পার্টিনা সমাজগী শক্তিগী লুচিংবা অমা ওইনা থবক তৌবা ওমদে হায়বসি মশানা তারবনি।

কমিউনিস্ট পার্টিদা চৈফু অমা পীরিবৈ মতম অসিদা মাওগী কাংবুনা মপানথোংগী শক্তম অস্তুদি ওাক্তুনা থম্বা য়াই। তৌই-গুম্বস্তুং পার্টিগী শাজং অমস্তুং কাংলুপকী মচাক অস্তুদি পুমহোং হোংনবা হোংনরক্কনি। পার্টিগী হান্নগী মীওই অয়াম্বা মাওইজম-তনা (মাওগী নিতিতনা) পার্টগী থবক পুমনমক্কী আইদোলো-জিগী য়ুম্ফমনি হায়না লৌবা, মাও সে-তুংদা মশা কংথোকগ্রবা মীওইশিংনা মতুং শিল্লবতদা ওইগনি হায়না মখোইনা থাজে। "ঐখোইনা মাওইস্ট কমিউনিষ্ট পার্টি অফ চীনাদা য়াওবা পাম্মী" হায়না হন্দক্তা "রেড গার্ডস" কী থবর অমনা হায়খি।

মাও সেতুংগী কাংবুনা হন্দক্তা অসিগুম্বা পার্টি অমা শাননবা থবক লৌথংলকলি। শোক ১৯৬৭ তগী হৌরস্তুনা চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি অসি "পুমশেম শেমদোকপা" অমস্তুং "নিংথিনা থম্বা" দর-কার ওই হায়বা অসিগী মরমদা অফিসিয়েল ওইবা চেক্কোং কয়া থোরকলি। মাসিগী থবক অসি "কলচরেল এফায়ারসকী থবক্তা

লৈবা কাংবু অমনা” লমজিংগদবনি। হায়রিবা কাংবু অসিমা “সেক্রেটরিয়েট ১স্নুং পোলিটবুরো অনি অসি পুনশিনবদগী হেন্না মরু ওই” হায়না পব্লিক সেক্যুরিটি মিনিষ্টর সিহ ফু-চীহনা লাউথোকখি। মসিগী ভাবত্তি মাও সে-তুংদা মশা কথোকপা উৎপ্রবা লাম্মী, “রেড গার্ডস” অমস্নুং “লানহোবশিং” অতুনা পার্টিগী মাংলেমগা শরু ওইহনবনি। “কলচরেল রিভোলুসন” গী মতমদা মাওগী “হায়বা ইনবা লাম্মী”নি হায়ন মখোই মশাবু উৎপ্রবা পার্টিগী মরু মরু ওইবা মীওইশিং অতুতমক পার্টিদা লৈহনগনি। মাওইজম (মাওগী নিত্তি) অসিতমা ওর্গেনাইজেসন অসিগী আইদোলোজিকেল-থিওরিটিকেল য়ুম্ফমনি।

য়ামনা চেকশিন্না দেলিগেটশিং থল্লবা মতুংদা পার্টি কংগ্রেস কৌবা মাওগী কাংবুনা পাম্মি। কংগ্রেস ফমঙ্গৈগী মমাংদা হান্নানা “বিপ্লবিশিংগী মরক্তগী ঈ নৌরিবা নহা ওইরিবশিংনা” পার্টি অসি থলহন্নবা থৌরাং তৌগে। “খ্বাইদগী হেন্না খুমাং চাউশিল্লবা প্রোলেটরিয়েটকী মীওইনি” হায়না চীনানা প্রচার তৌরিবা “রেড গার্ডস” অমস্নুং “রিবেলস” অতুদগী মশিং য়ামনা (থরনদি ১০,০০০,০০০ দগী হেল্লি হায়রি) মীং চনশিন্নবা থৌরাং তৌগে। শোক ১৯৬৭ লোইরমদাইদা “রিভোলুসনারি কমিটিশিং” অমস্নুং মিলিটরি কোন্ট্রোল কমিটিশিংদা “পার্টিগী ওর্গেনাইজেসন পুথৎপা ১স্নুং শবক শিন্দোকপা অসি ‘রেড গার্ডস’ ১স্নুং ‘রিবেলস’ শিংগী থৌশিল মথাদা চৎথনবা” চীনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ট্রেল কমিটিগী তরফতগী পাউতাক পীগে। “পার্টি মনুংদা ‘রেড গার্ডস’ ১স্নুং ‘রিবেলস” শিংদগী মিং চনশিনবদা থোইদোক

হেন্দোকপা পুকনিং চংশিল্লবা অকনবা পাউতাক পীরি।

মাওইস্ট পার্টি (মাওগী থিওরি ইনবা পার্টি) অমা শেম-গৎনবা থৌরাং অসিনা থবক্তা চৎথরকলবদি চীনা মনুংগী রাজনিতিগী অবস্থা ১মুং পৃথিবিগী কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টতা অনৌবা মওং অমা ওইরগনি। পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাগী মনুংদা পার্টিগী মহৌশাগী ওইবা ইহৎ ১মুং শক্তি অসি মাওইজমগী-দমক্তা সমাজবু লমজিংবা রাজনিতিগী ওর্গেনাইজেসন অমা ওই-হল্লগনি। অন্তর্জাতিকী ফিভমদদি মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংনা মাও কাংবুগা শোকনদনা কমিউনিষ্ট হায়বা মমিং অসিদি থমলগা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট আইদোলোজিগা মরি অমতা লৈনদবা মাস ওর্গেনাইজেসনগী থবক তৌবা তারকই। অসিগুম্বা ওর্গেনাইজেসন অসিনা প্রোলেটেরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমগী পার্টি অমা ওইর-রোই, মাও সে-তুং কাংবুগী অচৌবা শক্তিগী পোলিসি অদুগী থুংলাই অমা ওইনা লৈরগনি।

মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টি ওর্গেনাইজেসন অসি মুথৎননবা হোৎনবা থবকশিং অসিদ নত্তনা মাও কাংবু অসিনা প্রজাশিংগী শক্তি (পিপলস পাউরার) ওইবা ষ্টেট সরকারবু থুগাইনবা পোলিসি লৌখৎপনি। অল চীনা এসেম্বলি অফ পিপলস রিপ্রজেণ্টে-টিভস অদু চহি অহুমলোম (মিটিং) কৌখিত্রে। এসেম্বলি অসিগী ডিপুটি অয়াম্বা (মেজোরিটি) বদনাম তৌত্রে নত্রগা দন্দি পীত্রে। অল চীনা এসেম্বলি অফ পিপলস রিপ্রজেণ্টেটিভসকী পার্মেনেণ্ট কমিটি অদুসু থবক তৌখিত্রে। ইলেকসন তৌদুনা শেমখিবা পিপলস পাউরারগী লম লমগী কমিটিশিং অদু বেন্দ

তৌরে ( থিংরে )। মখোইশিং অহু মাও কাংবুমা শেম্বা "রিভো-লুসনারি কমিটিশিং" মা শিনজিনখ্রে। অসিগুম্বা কমিটিশিং অসি লান্মী, মাওগী মাইকৈদা চৎপ্রবা অরিবা কেদরশিং অমস্থুং "বিপ্লবি ওইবা মীয়াম" ("রেড-গার্ডস" অমস্থুং "রিবেলস") "অহুমগী খুৎশম-নবা" ("এলাইয়েন্স অফ দি থ্রি") গী য়ুমফম মখক্তা শাই।

"অহুমগী খুৎশমনবা" ("এলাইয়েন্স অফ দি থ্রি") অসি শারিবা ইউনিটশিং অসিগী মরক্তা খেৎনবা লৈবা মরমনা "রিভো-লুসনারি কমিটিশিং" অসি শাগৎপদা য়ামনা খুদোংথীবা মায়োকনৈ। থবক অসি পাংথোক্লনবগী ককপা মতম অহু হন্না হন্না ওনগ্রে। থবক্তি লোইগদবা য়াৎলি। হান্নদা "রিভোলুসনারি কমিটিশিং" লৈপ্রবা মফমশিং অহুদা ফাওবা লড়াই অহুদি নেমদে। "রিভো-লুসনারি কমিটিশিং" গী ফিভম অহু ফাওবা মরা চেত্তে।

"রিভোলুসনারি কমিটিশিং" শেমগৎনবা মাওনা অফবা মরম পীরি। অশেংবদি পার্টিগী ১স্থুং লম লমগী শাসন পুরিবা বোডিশিং অহুগী হান্না চৎনরমলিবা নিয়মশিং মাংহল্লকপা অদুনা লৈবাক অসিগী অইংবা পুক্কিদা ১স্থুং পোৎথোক চাথোক পুথোকপগী লমজেন্না মথক মখা চন্না থুগাইবনি। মাহুগী ফন্দা আইন লৈতবগী অবস্থা শন্দোরকপা, মস্থুং মস্থুংদা লড়াই তৌনবা, অমস্থুং লৈবাক অসিগী মতাইগী লমশিংদা তোঙান তানিংবগী য়াথল হেনগৎহল্লকপা অসি থোরকই। মাওগী হুকুম মতুং ইন্না লৈবাক আস কোন্ত্রোল তৌবগী দায়িত্ব লৌরিবা লানমীনা ( আর্মিনা ) জ্ঞান লৈরবা পার্টি কেদরশিংগী মতেং য়াউদনা লৈবাক অসিগী শাসনগী থবক পুংনমক ফল লৈমা শীনবা ঙমদ্রে। অহুগা লোইননা

লানমীনা ( আর্মিনা ) লৈবাক অসিদা শান্তি পুরকনবা হোৎনবা পুমনমক "রিভোলুসনারি মীয়াম" গা থেঙ্গাইনরে। মরম অদুনা "রিভোলুসনারি কমিটিশিং" না শাসনগী থবক. পার্টিগী থবক অমসুং শেল-থুমগী শক্তি পুমনমক পুন্না পায়শিনবনা হৌজিক হৌজিক মাওগী অমত্তা ঙাইবা আশা ওইরে।

তোইথুম্বসুং ইলেকসন তৌদুনা খনখিবা পিপলস পাউরারগী কমিটিশিং ( ওর্গানশিং ) অদুবু মহুৎ শিন্নিবা রিভোলুসনারি কমিটিশিং অদুনা মসুং মসুংদা লড়াই তৌনবা ১সুং ফোংনা থেঙ্গাইনবা অদুদি লেপহনবা ঙমখিদে। অদুগীসু মথক্তা মখোই মশামক মীগী চৈফম ওইরে। খুদম ওইনা পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাগী পব্লিক সেক্যুরিটি মিনিষ্টরনা "রিভোলুসনারি কমিটি" থরদা মচেৎ তানা কাইনবা লৈরে হায়না য়াদবা ঙমখিদে। অবস্থা অসি পেকিংমক্তদসু থোকলে, মফম অসিদা "পাকচাওনা পুনশিনবা" ঙমল্লি অদুগা 'শক্তি অহুম অসিগী প্রতিনিধিশিং পুনশিনবা ঙমদবনা করিগুম্বা থোদোক খর হন্না হন্না থোকপা য়ানা লৈ" হায়না মহাক্না হায়খি। সাংহাই অমসুং কানসু, শান্সি অমসুং হৈলুংচিয়াং প্রদেশশিংদা লৈরিবা "রিভোলুসনারি কমিটিশিং" অদুগা ক্বাংতুং প্রদেশ ১সুং ক্বাংচৌ সহরদা ইকুই কুইদনা শেমখিবা কমিটিশিং অসি মচেৎ তানা কাইবগী অকিবা লৈরে। অদুনা মরম ওইদুনা চাইনিজ খবরশিংনা "শাসন-আইন লৈতবা মওং কয়ানা রিভোলুসনারি কমিটিশিংগী থবক্কী শক্তিশিং অসি শোক্সহন্নবা নত্রগা পুমমাং মাংহন্নবা হোৎনরি" হায়না অকিবা ফোংদোকপা হৌরকলে।

"কলচরেল রিভোলুসন্না" প্রোলেটরিয়েটকী দিক্টেরসিপ অসি মরা চেৎশিলহন্নবা হোৎনরি হায়বা রাখল অসি চাইনিজ প্রোপেগন্দানা পোকহন্নবা হোৎনরি। মাসি শোইদ্রবা গণতন্ত্রগী মরুনি হায়না ওাংলি। দিক্টেরসিপ অফ প্রোলেটরিয়েট হায়বা অসিগী মরু ওইবা নিয়মদি শীনমী কাংলুপ ১স্থুং মখোইগী মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট পার্টিনা সমাজবু লুচিংবনি। হৌজিক্কী মতমদা চীনাদা শীনমী কাংলুপ, লোমি অমস্থুং জ্ঞান তাবা মীওইশিংদি লৈবাক্কী থবক শিল লাংবদা য়াউহন্দ্রে ১স্থুং পার্টিবু য়াজ্রে।

দিক্টেরসিপ অফ প্রোলেটরিয়েটকী রাখল অদু "কলচরেল রিভোলুসন্না" কান্নদনা উহল্লে। নমথনবগী শক্তিশিং অদু সোসিয়েলিজমনা ফংলকলিবা কান্নবশিং অদু কন্নবা মাইকৈদা শিজিন্ন-দরে; বুর্জোয়াশিংগী বিরুদ্ধদা শিজিন্নদরে। সোসিয়েলিজমগী অফবা শক্তিশিং ১স্থুং প্রজাশিংগী বিরুদ্ধদা শিজিন্নরে। শেল থুমগী থবক শিল-লাংবগী বিজ্ঞানিক ওইবা (সাইন্টিফিক ওইবা) নিয়ম পুমনমক হুন্দোকলে। কলচরগী ১স্থুং মহৈ মশিং তম্বগী থবক পুমনমক মাও সে-তুংগী রাখল অদুনা নমদুনা শিনজিল্লে। অনতর্জাতিক্কী (লৈবাক অতৈশিংগা লৈনবা) মরিগী মরমদা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অমনা তোফম থোকপা থবক অদু শাথিনা মাংহল্লে।

কনাগুম্বা অমগী ফত্তবা পুথোক্কনা অকিবা, চিংনবা লৈতনা লৈনবা ওম্বগী মীয়ামগী থৌনা অদু "কলচরেল রিভোলুসন্না" পীরে হায়না চীনাগী প্রোপেগন্দানা হায়রি। অশেংবদি মাও সে-তুংগী "অচৌবা ডিমোক্রেসি" (গ্রেট দিমোক্রেসি) অসিনা মথক্কী

হুকুম তৌরগা "কল্চরেল রিভোলুসনগী থবক্তা য়াউরিবা কাংবুশিং" অমসুং মখোইগী লম লমদা লৈরিবা প্রতিনিধিশিং অতুনা থম-গতুনা "রিভিজনিষ্টস" অমসুং "কেপিটালিষ্টকী লম্বী ইনবা মীওই-শিং" হায়না চার্জ তৌরিবা মীওইশিং অদুবু তাম্থোক্লবা অমসুং ইম্থোক কাউথোক্লবনি।

"কল্চরেল রিভোলুসন"গী থবক চংথবকপদা "বিপ্লবি ওইবা শীনমীশিং অমসুং লৌমিশিনা শক্তি পায়গনি" হায়না চীনাগী প্রোপেগন্দানা হায়রি। অদুবু অশেংবদি লান্মী অমসুং সেক্যুরিটি ফোর্সকী কাংবুনা সমর্থন তৌবা মাওগী কাংবুনা শক্তি পায়রি। শোক ১৯৬৬ লোইরমদাইদা অমসুং শোক ১৯৬৭ হৌবকপদা লৈবাক অসি মিলিটরিগী কোন্ট্রোলদা থমনবা লাকথোকখি। লান্মাশিং অসিনা পুলিসকী থবক তৌবতা নতুনা কল কারখানাগী থবকশিং অমসুং লৌউ শিংউবগী থবকশিং ফাওবা য়েংশিনবা ছোথি। শোক ১৯৬৭কী আগস্ট থাদা অশেংবদি লান্মাশিং অসিতনা শাসন অসিবু শোগৎপা অতুগা পার্টিগী অমসুং শাসনগী কমিটিশিং অদু মাংহনথরে হায়না লিন পিয়াও* অমসুং সিয়েহ ফু-চীহনা য়াথি।

* লিন পিয়াও অসি চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ট্রেল কমিটিগী ভাইস চেয়ারমেন্নি; সেন্ট্রেল কমিটিগী পোলিট ব্যুরো মেম্বরনি অতুগা চীনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী পোলিট ব্যুরোগী পার্মে-নেন্ট কমিটি মেম্বরসু ওইরি। চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি সেন্ট্রেল কমিটিগী মিলিটরি কমিটিগীসু ভাইস চেয়ারমেন ওইরি। পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাগী ষ্টেট কাউন্সিলগী ডিপুটি প্রেমিয়ার, মিনিষ্টর

অহুমনা "কলচরেল রিভোলুসন" চৎথরকপা অসিদা পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাদা প্রজাশিংগী গনতান্ত্রিক প্রথা অদুগী শাগৎ-লকপা রাজনিতিগী দলাম অদু থুগাইরগা মিলিটরিগী বুরোক্রো-টিক দিক্টেটরসিপনা শিমজিনখরে।

লৈবাক অসিগী অর্থনিতিদা অমসুং মীনমীশিংগী অবস্থাদা "কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা ওম তৈনবা কল থোকহল্লি। চীনাগী জাতিগী শেল থুমগী অবস্থা অসি "গ্রেট লিপ" অদুগী মতুংদা নিংথিনা মরা চেৎপা হোৎরকপদা ভাইরিভৈদা শাথিনা থুদোংথিবা অমা মায়োকনরে। অশেংবমক, কল কারখানাগী মেনেজমেন্ট অদু মথোং চাত্রে, সহর ১মসুং লরাই অনিগী মরক্তা লৈরিবা শেল থুমগী মরি অদু কাইরে; অদুগুম্বদুনা ট্রান্সপোর্টকী থবকসু নিংথিনা চাং নাইনা চৎথবা যাত্রে। মচাক মথুম পীনবা ১মসুং টেকনিকেল সপ্লাইগী নিয়ম পূমনমক কিহ্রে অদুনা কল কারখনাগী পোৎথোক পূৎনমক শাথিনা হন্থরে। পোৎথোক চাথোক্তা খংহৌদনা হন্থরকপা অসি মীনমীশিং ১মসুং লৌমিশিংগী উৎশাহ রাৎলকপা, মখোইনা ষ্ট্রাইক তৌবা (থবক লেপ্পা) ১মসুং

---

অফ দিফেন্স অমসুং স্টেট কমিটি ওন দিফেন্সকী ভাইস চিয়ার মেনসু ওইরি। মাও সে তুংনা মহাকপু ১মসুং হৌজিকী চাইনিজ নেতাশিংগী "স্পেসিয়েল কোস" অদুগী মতমদা পার্টিগী ১মসুং লৈবাকী মরু ওইবা জিদিং পোষ্টতা পুথৎখি। মহাকপু মাও সে তুংগী "মতুং শিনগদবা" ১মসুং মাগী "কমরেড ইন আর্মস" ওইনা অকিসিয়েলি হাপখি।

মখোইগী অধিকার ১স্নুং স্বার্থ ঙাক্লনবা থুৎলাই পাম্বগী থবক্ত চংশিনখিবদগীনি।

শোক ১৯৬৭ তা কল কারখানাগী পোৎথোক য়ামনা হন্থ-রকনবগী থুদম অরাবা য়ামনা উৎপ্রবনি। অদুগী মথক্তা শাংহাই, উহান, ক্যাংচৌনচিংবা মরু মরু ওইবা ইকোনোমিক সেন্তরশিংদা ইরাং হৌবা ১স্নুং অমগা অমগা থেঙ্গাইনবদগী মরু ওইরবা শেল থুম থোকনবগী থোরাং ময়ামস্থ মাংহনপ্রবনি। থুৎলাই পাইতুনা হৌবা, কারখনাগী থুংক্তু থুৎলাই থুগাইবা অসিনচিংবা তৌদুনা মাংহন্নবগী থবক য়ামনা থোকপ্রে। "কলচরেল রিভোলুসন্না" শেল থুমগী লম্বীদা মাংহন্নকলিবা অসি য়ুরান বিলিয়ন কয়ারোম শুপ্রবনি।

চহি চহিগী কয়লা পুথোকপগী চাং অসিস্থ শাখিনা হন্থ-খরে, ট্রান্সপোর্ট ১স্নুং পাউরার (ইলেক্ট্রিক) প্লান্ট চৎথনবা ফাওবা ওক্লবনি। শেল থুমগী মরু ওইরবা লমশিং (লল্লোন ইভিক্কী থবক্তা ১স্নুং পোৎথোক পুথোক্লবা ইন্দষ্ট্রিগী মরু ওইরবা লমশিং) অমগা অমগা শমনবা ল্লাৎপনা, মরি পূমনমক কাইরকপনা প্রদেশ অয়াম্বদা প্রজাশিংগী চিঙ্গাক পীবদা থুদোংখীবা, অপনবা য়ামনা থোকলে। "কলচরেল রিভোলুসন" পূথৎনবগীদমক "প্রদকসম্বা করিগুম্বা মমল থরদি পীবা তাই" হায়না প্রেমিয়ার চাও য়েন লাইবু নমতুনা ফোংনা য়াহনপ্রবনি। মাও সে-তুংগী কাংবুনা পোৎথোক চাথোকতা হন্থরকলিবা অসিগী বদনাম অসি মখোইগী মায়োক্তা লৈরিবশিং, মখোইবু য়াদবশিং অক্ষুদা ইনথোকনবা হোৎনৈ।

অর্থনিতিগী ক্ষেত্রদা "মাও সে-তুংগী রাখলশিং" অসি থবক্তা

পাল্লকপদা থোকনিবা খাইদবা হেন্না কত্তবা ফল অমদি চীনাগী যুগ কয়াদগী লৈরকলবা চাউখত্তবগী ফিভম অমসুং কোক্লনবগী খাইদগী মরু ওইরবা থুংশা লৈবগী থবক চাউখৎলনবগী (ইন্দষ্ট্রি-য়েলাইজেসন) গী থবক অসি পুমলেপ লেপত্রে অদুগা সাইন্স অমসুং ইঞ্জিনিয়ারিংগী চাউখৎলকনবগী লম্বীদা অপনবা পীরে। মাইকৈ অসোমদা থরদং চৎথবিবা হায়ববু শাসন পায়রিবা কাংবুনা মখোইগী অচৌবা শক্তি ওইনবগী পোলিসি অদু চৎথরকনবা হোৎনবদা মরু ওই হায়বা খনবা ইন্দষ্ট্রি থরদং (খুদম ওইনা হায়ববদা রোকেট অমসুং নিউক্লিয়ার ইন্দষ্ট্রি) চাউখৎহন্নবা হোৎনবতা মঙাইরে।

"কলচরেল রিভোলুসন" গী মতুং অসিদা পোৎথোক চাথোক্তী লৈরিবা ওর্গেনাইজেসন পুমনমক মিলিটরিগী মখাংদা ওন্থোক্লবা হোৎনরম্মী অদুগা নমহুনা থবক শুহন্নবা হোৎলৈ। থবক শুরিবা মীশিংগী য়াইফ খুংঙাইবা হেনগৎনবা হোৎনবগী রাখল অসি মখোইবু "পেলহন্নবা" হোৎনবা "বুর্জোয়াশিং" গী রাখলনি হায়না লাউথোকলি। মাও সে-তুংগী রাহে "লাইরবা হায়বসি বোর অমনি। প্রজাশিংনা ইনাক খুনবা হেনগৎকদবা নুমিৎ অদুগী মরমদা থনবা হায়বা অসি অকিবগী মশকনি" হায়বা অসি য়াম্না পাকনা চাউনা শন্দোকলি। লেনিনগী পোৎচং-মচাক হেনগৎ-হনবা হায়বা অসি "প্রোলেটরিয়ান বিপ্লবকী মনঙন্দা য়াম্নবা থাংনি" হায়না শন্দোকলি। মাসি পুমনমক অসি সমাজগী পোৎ-থোক চাথোক হেনগৎহন্নবগী অমসুং য়ুমলৈ কৈরৈ ফগৎহন্নবগী মরু ওইবা দরকার ওইরিবা সাইন্তিফিক সোসিয়েলিজমগী

দিরদ্দা ঙাক্তনি। সাইন্তিফিক সোসিয়েলিজম অসিদা মীওইবগী থবক ঙন্দগী শক্তি হেনগৎহল্লবগী, মিমল্লমা থবক হেল্লা কল্লা শিভিল্লবদগী কাল্লনবগী অমস্তুং মী খুদিংমক অফবা থবক তৌহন্নিং নবগী মরু ওইবা মচাক পূমনমক মপুং ফানা য়াউরিবনি।

মাও সে-তুংগী কাংবু অসিগী শেন থুম চাউথৎহল্লবগী কন্নি-ঙুম্বা অফবা প্রোগ্রাম অমতা য়াউদে। অমুমনা "কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা জাতিগী শেল থুমদা হন্থহনবা, লৈবাক্কী শেল থুমগী অবস্থাদা তুংশোথবগী অবস্থা অদু শাংথহনবা অমস্তুং প্রজাশিংগী য়ুমলৈ কৈরৈদা শাথিনা ফৎহল্লক্তবা পূমনমক অসি থোকহল্লে।

চাইনিজ সমাজগী কলচরেল পুন্সি অসি "কলচরেল রিভো-লুসন্না" থোইদোক হেন্দোক্লা মথোং চাহন্দ্রে।

লৈরিবা মীশিংগী চামগী মমুংদা ৯০ না লাইরিক লাইশু হৈতবা ওইরিবা চীনাদদি লাইরিক লাইশু হৈতবা অদু কোকহন্নবা হোৎনবা অসিনা মহাক্কী তুংশোৎথরিবা পূমনমক অদু কোক্লবগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মরম অমনি। "পিপলস রিপব্লিক অফ চীনা" শিংথৎখিবা অদুগী হেক মথং চহি থর অদুদা অশেংবা "কলচরেল রিভোলুসন" তৌননবা হোৎনখি। অদুগুম্বা থৌরাংশিং হৌজিক্তি লৈখিন্ত্রে। হৌখিবা চহি অনি অসিদা স্কুল অমস্তুং কলেজ-শিংদা মহৈ তম্বা লেপশ্রে; ইঞ্জিনিয়ার, দাক্তর, ওঝা অমস্তুং হীরম কয়াদা স্পেসিয়েলিষ্ট ওইনবা ট্রেইনিং পীবা পূমনমক চৎথখিদ্রে।

"কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা পাক চাউরবা অমস্তুং পুকৈ-ঙুমনা লৈরবা জাতিগী অমস্তুং পৃথিবী কলচরগী মরক অসিদা

চীনাগী প্রজাশিংবু চংহন্দ্রে, রাখল খনবা চাইনিজশিংগী মীওই-বগী অফ মুংঙাইগী থবকশিং, সাহিত্যগী থবকশিং অমসুং আর্টকী ওইবা অচৌবা থবকশিং পুমনমক থিংখ্রে ; সমাজিক অমসুং রাজ-নৈতিকী চেকোংশিং অমুগা কজরবা আর্টিষ্টিক অমসুং সাহিত্যগী ওইবা চেকোংশিং পুমনমক চৎথহিন্ধ্রে। আর্টসনা প্রোফেসন ( মথৌ ওইবা ) মীশিংগী এসোসিয়েসনশিং, মরু মরু ওইবা থিয়েটর কম্পানিশিং অমসুং আর্টিষ্ট কান্দুশিং পুমনমক থুগাইখরে ; লাইব্রিক কয়া মৈ থাদোকখরে। তশেংনা হায়রবদা পৃথিবীগী সভ্যতাগী চাউরবা পুক্কৈ অপুম্বা অসি "বুর্জোয়াজি" নত্রগা "কাউণ্টর রিভো-লুসনারি" হায়না হায়জিন-তৈশিন্দুনা থগলে। মসিমক লৈবাক অসিবু চাউখৎপা পাম্বা রাখল'শংদগী তোঙান্না থমননবা হোৎন-বনি। মীওইবগী রাখল অসি "মাও সে-তুংগী রাখলশিং" ইশিন্নবা "অহাঙবা চেবাং" অমগুমনা লৌরি।

থাইনগী চীনাগী নিংথৌরেনশিংবু পুজা তৌনরম্বা অমুদগী খেৎনবা লৈতনা মাও সে-তুংগী মশা অসিবু লাইগী মূর্ত্তি অম-গুম ওন্থোকপা অসিনা "কলচরেল রিভোলুসন" গী মরু ওইবা থৌওং অমনি। কমিউনিষ্টশিং অমসুং শীনমীশিংগী মপুকনিংদগী মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী রাখল'শ অমুগা প্রোলেটরিয়ান ইন্তর্নেস-নেলিজমগী রাখলশিং মুথৎনবা অদুগা "মাওইজম" অসিমা অমত্তা ঙাইবা আইদোলোজি অমা ওইনা শেমগৎপা অমুগা মাহুবু ধর্ম্ম মখল অমগুমনা চীনগী প্রজাশিংদা নমহুনা চৎহন্নবা হোৎনবা অসিনি।

"কলচরেল রিভোলুসন" পুথৎলকলিবশিং অমুনা পামলবদি

চীনাগী নহা অহল প্রজা খুদিংমকী রাখল অসি মাও সে-তুংনা ঙাংখি - হায়খিবা পূমনমক অতুদা লুপ্তুনা লৈহনবনি। মাও সে-তুংগী পাউতাকশিং পূমনমক অমু হমুং খুদিংদা লৈহনবনি অতুগা মী খুদিংগী পুনসি অতু মহাক্কা পাউতাকশিং অতুনা লমজিংহনবা পাম্বনি। মহাক্কী রাহং পাউখুম তৌবা মওংগী পাউতাকশিং অতুনা সমাজগী, ইন্দষ্ট্রিগী থবকশিংগী অমসুং মশা মশাগী পুনসিগী সমস্তা পূমনমক পাংথোকনবনি হায়না। নুমিৎ খুদিংগী প্রজাশিংদা হায়রি।

লৈবাক অসিগী ছাপাখানা পূমনমক অসি মাও সে-তুংগী লাইরিকশিং অতু কোপি লাখা লাখা নমহনবদা অমসুং মহাক্কী ছবি (ফোটো) পুথোকপদা শিজিন্নরি। মহাকপু ঙমখৈ লৈতনা শক্তি লৈরবা লাই অমগুমনা প্রচার তৌরে। বিপ্লবকী ইতিহাস পূমনমক অদু মহাক্কী মগুণ হেনগৎহন্নবগীদমক শাথিনা মীনমনা ১মসুং লান্না পুথোকলি। চাইনিজ কমিউনিষ্টশিং শিগ্রবসু হিংলিবসু মখোই কনাগুম্বনা করিগুম্বা সমস্তা অমা নত্রগা অমদা মাওগা য়ানত্রবদি মহাকপু "জাতিবু বিশ্বাসঘাট তৌবশিং" ১মসুং "কাউণ্টর রিভোলুসনগী এজেণ্টশিং" হায়না বদনাম তৌরি।

মাও সে-তুংবু লাই ওইহন্নবা হোৎনবা অসিতা নত্তনা অচৌবা জাতি অমা ওইবদগী অচৌবা শক্তি অমা ওইবগী রাখল অসি রাংনা পুথৎলকলি। চীনা জাতি অসিনা অতৈ জাতি পূমনমক্তগী অমুক হংনিঙাই লৈতনা মকোক থোংবনি হায়বা রাফম অতুগা ইতিহাসকী মতুংদা জাতি অসিনা থোইদোক

হেন্দোক্না পামলিবা ব্রাকম অসি অতৎ অথম লৈতনা প্রচার তৌরি। সোভিয়েট ইউনিয়ন ১স্নুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগা য়ানদবা ব্রাথল অম্ভ পুখৎলকলি।

জাতিগী ১স্নুং পৃথিবীগী কলচর (সংসকৃতি) অসিগী মঙ্গুণশিং অসি মুন্না খংজ্রবদি সোসিয়েলিজমগী মাইকৈদা চংশিল্লকনবা পাইখৎপা হায়বসি খল্লুবা লানগনি। অদুবু চীনাগী "কলচরেল রিভোলুসন" অসিদি মাদুগী ওন্নতৈনবনি; অদুনা চীনাগী সমাজ অসিবু মাংহল্লে। মীশিং য়াম্বদগী অচৌবা জাতি অমনি হায়বগী ব্রাথল ১স্নুং লানগী থৌরাং তৌবা ওইনা মিলিটরিগী ব্রাথল খলহনবা অস্নুমনা জাতি অসিগী ব্রাথল শাগৎপনি।

শেল থুম অমস্নুং ব্রাথল চাউখৎনবগী মরুওইবা স্বার্থ অদুগী ওন্ন তৈনবদা চীনাগী প্রজাশিংদা "কলচরেল রিভোলুসন" অসি শাথিনা হিংসা তৌবা ১স্নুং কিহনবগা লোইননা নমদুনা য়াউহল্লে।

"কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা মাও সে-তুং ১স্নুং মহাক্কী কাংবু অসিগী ওইবা রাজনতিগী লড়াইগী ওইবা মওং অদু উৎথোকলি। কাংবু অমবু অমগী মথক্তা ইনশিনবা, মখোইনা হায়বা ইনবা মাওবু নিঙবা মীওইশিং অদু অচৌবা ফম পিশিনবা, শেমজিন-শাজিনবা গণতন্ত্রগী ব্রাঙাং, মীয়ামনা স্নুংঙাইতবা ফোংদোরকপা অদুবু অঙাওবা তাহনবা, "অমাং অতা লৈররোইদবা" মাও সে-তুংনি হায়বগী মরমদা মতম মতমগী মতুং ইন্না থোকলকথোকলকপা হায়জিনবা, ধর্ম্মগী ওইবা লাই পুজা তৌবগী মওংদা মন্ত্র-যন্ত্রনা থৌ-লাং তৌদুনা কৎথোকপগী মওং অমস্নুং মখোইগা য়ানদরবা মীওইশিংগী মুর্ত্তি শারগা মৈ থাদোকপা অসিনচিংবা

থবক অসিনা লাইরিক লাইশু হৈতবা মীশিংবু পংথহল্লবা হোৎনৈ। মকম অসিদা মার্ক্সনা হায়রম্বা "অপংবা, জ্ঞান তাদবা হায়বসি হিংচা য়াইতম্বগুম্বা অচৌবা শক্তি অমনি, মাসিনা য়ামনা হেল্লা খুদোংথীবা কয়াস্থু থোররুবগী মরম ওইবা য়াই হায়বা অসিগী অকিবা নৈ" য়াকম অসি মরু ওইরকই।

মাও সে-তুংনা ইনশিন্দুনা ছাত্রশিংবু হৌহল্লিবগী মতুংগী অর্থদি মীয়ামগী বিপ্লব অমনি মসিদা অচম্বা সধারোন প্রজা ১সুং ছাত্র ফাওবা য়াউনা সমর্থন তৌবনি হায়বা অসি উৎননবা হোৎ-নবনি। "রেড গার্ড" কী লান্মী শাগৎলিবা রাজনিতিদা মপুং মরা ফাল্লিবা নহারোনশিং অসিদা পুখৎলিবা অসি খংহৌদনা খোকখিবা নত্তে। মখোইশিং অসি মাও সে-তুংবু পূজা তৌবা ১সুং মহাক্কী য়াথংবু অচুম অরান থিদনা ইনবা হায়বসি মতম কয়াগী মমাংদগী তম্বীরকলবনি। লান পাম্বা জাতিগী রাখল অমসুং সোভিয়েট রাসিয়াবু য়েংশিবগী রাখল অসিদা শাগৎখিবনি। অতৈ জাতিশিংগী কলচর, চৎনবীশিং ১সুং থবক্কী জ্ঞান পূমনমক অদুবু তুকচনা থনবা তম্বীরকপনি। সোসিয়েলিষ্টকী রাখলশিং অদুবু লাল্লা লৌহল্লকপনি। অসিদসু নত্তনা নহারোনশিং অদুনা মখোইগী অবস্থা অদুদা পেন্দ্রিবা অদু "কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা লৈবাক্কী মরু ওইবা থবক্তা ১সুং ফমনচিংবা ফংবদা মখোইগী খুদোংচাবা ফংগনি হায়বা রাখল অসি পীশিন্দুনা মাও সে-তুংগী কাংবুনা শিজিন্নবনি।

"রেড গার্ডশিং" অসিবু "রিবেল" কাংবুশিং অসিনা শৌ-গৎলি। "রিবেলশিং" অসি মরু ওইনা নহারোল ভাক্তনঃ শাবনি।

মখোই অসিনা ইন্দষ্ট্রিশিং ১স্নুং সরকারগী থবকশিংদা চংশিন্নকলে। মখোইশিং অসিনা শিনমী কাংলুপকী অবস্থাশিং অদু লৌননবগী ১স্নুং খংননবগী মতম লৈতে, শীনমী কাংলুপকী স্বার্থশিং অদু হায়বদি দরকার ওইবশিং ১স্নুং শাজংশিং অদু মখোইনা খংদে। মখোই পূমনমক সমাজগী রজাও ভাংবশিং অদুদা তাউদুনা চৎলি, রাজাওশিং অদুগী মপানথোংগী ইপোম অদুতবু লৌই। হায়রুভাংভুবা পূমনমক লোঁদে অদুগা মথল মথলগী য়েখাই থিনগাইবগী ইরাংদা শরুক য়াই। অস্নুমনা নহারোলশিং অসিবু লমচৎ শাজৎ ১স্নুং রাজনিতিদা অরানবা মাইকৈদা চংহল্লে। মাসিনা চীনা সোসিয়েলিজম শাগৎপদা থুদোংথীবা থোকহল্লে।

“কলচরেল লিভোলুসন’ গী মামাংদগী হৌরদুনা পার্টি ১স্নুং মিয়ামদগী নাপ্তোক্তুনা তোঙান্না লৈগ্রবা অমস্নুং মাও সে তুংগী য়াথংদা অয়েৎপা লৈতনা হায়বা ইনবা তম্বীরকলবা লানমীশিং অডতনা মাও সে তুং অমস্নুং মাগী কাংবুগী মরু ওইবা মপাঙ্গল ওইরি। শোক ১৯৫৯ দগী ১৯৬৫ ফাওবগী মনুংদা রাজনিতিদা মপুং ফারবা অমস্নুং থবক করবা অফিসারশিং লানমীদগী লৌথোকখরে। লানমীগী শক্তিশিং অডবু “বিপ্লবী ওইহনবা” হায়বা অদুগী থবক অদু শোক ১৯৬৫ গী মে থাদা চৎথখি। মিলিটরীগী মথং মথং লৈবা থাক অমস্নুং মদুগী বেদজশিং (থুদম থেৎপাশিং) অদু “কমান্দরশিংগা মীয়ামগা লৈনবা মরি হেন্না কনথৎহনবা” দরকারনি হায়জিন্দুনা মুথংখরে। অদুগা লোইননা মিলিটরীগী থবক ফাওবদা য়াউনা থবক থুদিংমক্তা রাজনিতিনা মরু ওইগদবনি হায়বা রাকম অসিদা অকনবা প্রচার তৌরি। লানমীশিংদা

হেক্না নিংখিমা মিলিটরীগী ট্রেইনিং অমসুং অকনবা খুৎলাই লীগদবনি হায়বা অতুগা মাও সে-তুং অমসুং মাগী রাখলশিং অক্ত-ভবু ইনগদবনি হায়বা অসিবুদি থৌশাদবা মথোইশিং অক্তবুদি শাথিমা তৌই। অসুমনা লানমীশিংবু "বিপ্লবী ওইহনগদবনি" হায়বা অসিদা লানমী মরক্তগী মী কয়াবু লৌথোকপগী ইথক ইপোম অমা চৎথরকই। হন্দক্তি জেনেরেল ষ্টাফকী চীফ অমসুং দিপুটি প্রেমিয়ার ওইরিবা ১সুং কমান্দগী খ্বাইগী মকোক ওইরিবা লো জুই-চীং ফাওবা য়াউনা লৌথোকখ্রে। মহাক্না লোইননা মাও সে তুংগী রাখলশিং অতু চুম্বা। লানত্রা হায়না চীংনবা মী পূমনমকসু লৌথোকখ্রে। লানমীশিংবু "বিপ্লবী ওইহনবা" হায়বা অসি অশেং-বমক্তি লৈবাক অসিগী সমাজগী পুন্সি অপূম্বা অসি মিলিটরীগী মওংদা পুখৎনবা শেম-শাবনি। শোক ১৯৬৪-৬৫ দা অচৌ অচৌবা কল কারখনাশিংদা অমসুং অফিসশিংদা লানমীশিংনা শাবা রাজ-নিতিগী দিপার্টমেণ্টশিং শেমগৎখরে।

অমরোমদা হায়রবদা অচৌ অচৌবা থবকশিং অমসুং কল কারখানাশিংদা লানমীশিংনা মখুৎ থিংজিন্নবা খুদোংচাবা অতু পীরে। মাতুনা লৈবাক শিন-থুংনা "কলচরেল রিভোলুসন" পুখৎপদা লাইহল্লে। মাসি পাংথোক্লবা হোৎনরকপদা করিগুম্বা প্রদেশ সরকারগী মথাদা লৈবা লানমীগী ইউনিটশিংদা মাও সে-তুংগা য়ান্নদবা লৈরবসু পাক চাউনা ওর্গেনাইজদ ওইরবা (নিংখিনা শেম শারবা) শক্তি হায়বতু লানমী অসিতনা ওইরে। লানমী-শিং অসিগী মরক্তসু কাংবু অসিবু শোগৎপদা অমতা ওইনা পূন-ষম্না হায়বা অতুদি নত্তে। অচম্বা সিপাহিশিং অমসুং অফিসারশিং

খরদি "কলচরেল রিভোল্যুসন" অসিবু য়াদে, খোগৎতে। মখোইবু প্রজাশিংগী বিরুদ্ধদা অমসুং প্রজাশিংবু নমথনবা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা পাম্মদে।

অসুমনা "কলচরেল রিভোল্যুসন" অসি চাইনিজ সমাজগী অপিকপা, য়ামদ্রবা মথক্কী খাক্কী মীওই খরতনা পুখৎলকপনি। প্রজাশিংবু নমজুনা চৎহনবনি। মসিনা সমাজগী রাজনিতি অমসুং আইদোলোজিদা চাইনিজ প্রজাশিং অসি পুনশিন্নকপা অদু চাউখৎলকনবগী খোংচৎ অদু শেম শাজুনা লেপহন্নবনি। মসিনা সমাজগী মনুংদা অমগা অমগা মান্নদবা য়েংনবা অদু য়ামনা হেনগৎহল্লে।

শুজ নোমজজুনা চারিবা চাইনিজ প্রজাশিং অয়াম্বনা চৎথরকলিবা রাজনিতিগী প্রচারশিং অসিগী অশেংবা মরম অমসুং উদ্দেশ্যশিং মুন্না খংদে। অদুগা মাও সে-তুংগী কাংবুগীসু নত্রগা মখোইবু মায়োক্নজুনা খেনরিবশিং অদুগীসু, মাইকৈ অনিমক্কী খোল্লাওশিং অসিগী অর্থ অমতা চপ চানা খংদে। পাটিবু, ইউনিয়নশিংবু, য়ং কমিউনিষ্ট লিগপু অমসুং অতৈ মীয়ামগী ওর্গেনাইজেসনশিংবু থুগাইরকপা অদুগা মথল মথলগী অনৌবা ওর্গেনাইজেসনশিং (অচৌবা কল-কারখানা অমতগী মনুংদা দজন অমদগী হেন্না) থোরকপা অসিনা শীনমী মীয়ামগী মরক্তা মচোই মচোই কাইনবা অমা থোকহল্লে। মাজুনা থোকলিবা পুমনমক অদু ভাব তাবদা লুহঙ্গম্মী। নিংশিংগদবদি মরম কয়ামরুমদগী থেংনরিবা কাংবুশিং অসিনা নিয়ম অমা ওইনা "মাও সে-তুংবু কনবা" হায়বা ফিরাল অসিগী মথাদা থোরকই। আইন কানুন য়াউরবশিং অসিনা খুদুম চনশিন্নকপা, হেক্সিন্নকপা অসিদগী লৈবাক অসিগী অরম্বা

অসি য়াম্না হেন্না লুশিনহল্লকলে। চাইনিজ শীনমী মীয়ামগী অশোংবা য়েকনবশিং অদুগা লোইমনা মশা মথন্তুম চাউথনবা থুমবশিং অমম্তুং নিয়ম য়াউদনা মনিং তমনা ঙাংনিংবতা ঙাংবা, লাউমিংবতা লাউবশিং অমম্তুং মশাগী মরম্নাই কান্নবা ফংনবতা হোৎনশিং অচুম্বা মাং থাহনা খোরকলে।

চীনাদা চৎথরিবা রজনিতিগী লডাই অসি মতম অস্তুম কুইথরকলে। মিলিটরীনা থুহুম চল্লবা নত্রগা "রিভোলুসনারী কমিটিশিং" শেম্গৎলবা মফমশিং অদুদা ফাওবা অইংবা, মরাতপ্পা লৈত্রে।

গুরি মোমফিবা শীনমী কাংলুপ অমতদগীম্তু মাও সে-তুংনা পাঁক চাউনা সমর্থন ফংবা ঙমদ্রে। লৌমি শীয়ামশিং মখোইগী ভুং শোৎখবা, চাউথহুখা অদুদা মাও সে-তুংনা চাউনা খুদোংচাবা লৌরিবা অদুগুম্বা লৌমিশিং অদু ফাওবা য়াউনা চাইনিজ সমাজগী কাংবু কয়াদগীম্তু মাও সে-তুংনা মতিক চানা মতেং ফংদ্রে। মতুগী মরু ওইবা মরমদি মাওগী পোলিসি অসিনা পাক চাউরবা প্রজা কাংবু কাংবুশিংগী ফিভম শাথিনা ফংহন্দ্রে। মশাগী কান্নবা ফংনবা য়াউদ্রবা সোসিয়েলিজম অদুগী প্রচার তৌবা, হিংনবগী থাক্তা ফংথিল্লক্লবা, রাখল, দায়িত্ব য়াউদ্রবা নহারোলশিংগী হিংসাগী থবকশিং অমম্তুং পোৎথোক-চাথোক পুথোকনবা থবক্তা নিয়ম কাননা লৈহন্তবা পুংনৎক অসিমা চাউরবা প্রজা কাংবুশিংদা পেন্দবা হাপকৎলকই। সমাজগী পুনসিগী হিরম খুদংদা ফংহল্লকলিবা "কলচরেল রিভোলুসন" অদুগা হু চেল্লবা কাল্লবা ফল অদুনা শীনমী

মীয়ামবু ফুন্দিন্না লৈজরম্বদগী হোৌগৎহল্লকই অমস্তুং কিল্লবতগী ফংসল্লকপা সমাজগী য়াইফবশিং অদু কন্নবা থোৌরকহল্লকই।

কাংলুপশিংগী মরক্তা অমগা অমগা হেন্না চয়েৎনরকপা অমসুং অমগা অমগা খেৎনহল্লকপা অসি হোৌজক চীনাদা থোককহল্লকই।

চীনাগী শীনমী কাংলুপশিং অসি হৌজিক্তি অমতা ওইরবা (অপূনবা) রাজনিতিগী শক্তি অমা ওইনা থবক তৌরে। "গ্রেট লিপ" অদুগী ফলদগী খুদোংথীবা অরাবা ফংলবা চাইনিজ প্রোলেটরিয়েটকী চক্র ওইরবা কেদরশিং, মীওইশিং অদুনা মাও সে-তুংগী পোলিসি অদুদা খোৌশারক্রে। অশিগুম্বা শীনমী কাংলুপকী শরুক অসিনা অখিংবা পীবা অদু হেনগৎলক্লনবা অমসুং শক্তো-রক্লনবা অমসুং শীনমী মীয়ামদগী মখোইশিং অদু তোঙান্না তাহন্নবা হোৎনবদা মাও সে-তুংগী কাংবুনা অসিগুম্বা জ্ঞান লৈরবা শীনমীশিং অসিবু হৈ-শিংবা রাহালবা, রাজনিতিদা মপুং ফাজিবা লরাই থরাইদগী নৌনা লাকপা শিনমীশিংদি হায়না ওন্না-তৈননা উৎনবা হোৎনৈ। পোলিসি অসিনা শীনমী কাংলুপশিংবু অমতা ওইহন্দুনা মপাঙ্গল কলখৎহনবদা অপনবা পীরি অদুগা মখোইগী অপূনবা পন্থুংকম অদু ফংনবা লম্বীদসু অখিংবা পী।

মাও সে-তুংগী কাংবু অসিনা চাইনিজ প্রজাশিংগী শেল থুমগী অমসুং রাজনিতিগী অধিকারশিংগী মথক্তা আক্রমন তৌরি। "বুর্জোয়াজি আইন" হংজিল্লকপা খেংনাবর্থনি হায়বগী নামাদা থবকী মতুং ইন্না উকব পীবা হায়বা নিয়ম অদু থুগাইরে। সমাজদা শোৌইদ ওয়ামদনা লৈনবগী অধিকার, থবক তৌনবগী পুংশিং

অককলবা থম্বগী অধিকার অসিনচিংবা শীনমী কাংলুপনা বিপ্লবকী মতমদা কংহোবা পুগনমক অহু লোপোকখরে। শীনমী কাংলুপকী স্বার্থ ঙাক্লনবগীদমক লৈরব্বা ওর্গেনাইজেসন অহু থুগাইখরে নত্রগা থবক তৌবা ঙমখিদ্রে। অসিগুম্বা থবকশিং অসিনা জ্ঞান লৈরবা শীনমীশিংগী স্বার্থদা মরু ওইনা মাংহল্লকই অদুগা অমরোমদনা মখোইগী "অশুমন তেনখোকপা" হায়বা অসিনা মতম থরগী মী-হোহন্দুনা সহরগী মতাইদগী হৈ-শিংবা রাৎলিবা শীনমী কয়া সহরদা লাকহল্লি। পুম্নমক অসি "বিপ্লবি ওইবা রাখল" হায়বা খোল্লাও অসিগী মমিংদা চৎথবকলি। মসিনা মীয়াম্বু লাল্লা লমজিংই। অদুবু "বূর্জোয়াজিগী রাখল" অমসুং "ইকোনোমিজম" অসিগী মায়োক্তা থেংননবা শ্লোগান অহু শীনমী কাংলুপকী অর্থ-নিতিগী স্বার্থ অমসুং সমাজগী অধিকারগী মথক্তা আক্রমন তৌবদা শিন্নিরে হায়বসি উরকপদগী শীনমী কাংলুপনা হেন্না হেন্না কয়া "কলচরেল রিভোলুসন" গী মায়োক্তা চোংথোরকলে। কল কারখানা অয়াম্বদা ষ্ট্রাইক তৌবা (থবক লেপ্পুনা দাবী তৌবা) অদুগা প্রতিবাদ তৌবগী সভা ১সুং দিমোনষ্ট্রেসন তৌবনচিংবা থোকলকলে। সাংহাই অমসুং অতৈ ইন্দষ্ট্রি য়ামনা লৈবা সহরশিংদা শীনমীশিংনা অমুক্তম্ব নত্তনা "মাও সে-তুংগী সোক দিটেচমেণ্টস" অদুগী মায়োক্তা খুৎলাই পাইদুনা থেংনবদা য়াউরকলে।

"কলচরেল রিভোলুসন" অসিগী মরমদা লোমি মীয়াম অপুম্বা অসিগী অশেংবা ফিরেপ লৈরমদে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি হৌজিকী রাজনিতিগী চৎথরকলিবা থবকশিং অসি পুখৎলকলিবা মীওইশিং অসিনা হেক ঙম্বমথৈ হোৎনদুনা লোমিশিং অসি

থৌদোকশিং অসিনা য়াউদনবা হোৎনৈ। লৌউ-শিংউবগী পোৎ-থোক পুথোকপগী থবক্তা মথোং চাদবা থোকপা য়াই ১সুং চাইনিজ লরাই থরাই প্রজাশিংনা নোংম নোংমগী হেনগৎলক-লিবা পেন্দবশিং অসিদগী ইরাং হৌবা অমা থোকপা য়াই হায়না মখোইনা কিরি।

"পিপলস কমিউনশিং" অসিনা লৌমীশিংগী স্বার্থদা হান্নানা অকনবা চৈফু অমা পীরে হায়বা নিংথিনা খংনরবনি। "কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা অমুকস্তু লন্নাই য়ুমগী ইংখোল লৈজবা অদু মুথৎপা অদুগা লৌমিশিংনা পোৎথোক অদু কৈথেন্দা য়োপ্পবা য়াবা অসিনচিংবা অসি মুথৎপা দরকার ওই হায়না লাউথোকলে। চহি খরগী মমাংদা য়ারম্বা লন্নাই য়ুমদা ইন্দষ্ট্রি মচা মচা তৌজবগী খুদোংচাবা অদু মুথৎলগনি হায়রে। মাসিনা লৌমি কাংবু খুদিং-মকী য়ুম্বাল কৈবালগী অবস্থাদা ফৎহল্লকত্রে, হান্নানা নেমত্নুনা লৈরবা অবস্থা অদু অমুক্তা হস্তহল্লে। অদুনা সহরগী মতাইগী লমশিংদা "কল-চরেল রিভোলুসন্না" হোদোরকলিবা থোরম পুন্নমক অদু য়াদবা অসুম অসুম হেনগৎহল্লে। থৌদোক কন্নামরুমদা লৌমিশিংগী ওইবা তোঙামবা লানমীশিং অদুনা মখোইগী স্বার্থ ঙাকনবগী-দমক খুৎলাই পাইদুনা সহর তান্না চৎলগা "রেড গার্ডস" অমসুং "রিবেলস" শিংগা থেংগাইনখি। মরম অসিদগী "সহরবু লন্নাই থরাইনা কোইশিনবা" হায়বা মাওগী থেসিস অদু চীনাদা পাল্লোই-দবনি, শিজিন্নরোইদবনি হায়বা প্রচারনা লৌমিশিংবু ভাব তাহল্লবা হৌজিক কন্না হোৎনরি। অসিগা লোইমনা ভাব তাবা

য়াৎলিবা লৌমিশিংবু মাওগী পোলিসি য়াদবা শীনমীশিংগী মা-য়োকতা ইনশিল্লবা হোৎনরি।

লাইরিক লাইশু হৈরবা কাংবুগী চাউরবা শরুক অমমা "কলচ-রেল রিভোলুসন"অসিবু য়াদে। চাইনিজ সমাজগী অসিগুম্বা চাউরবা শরুক অসি "কলচরেল রিভোলুসন"গী আক্রমন তৌফম ওইখ্রি। মখোইবু কোইতান তান্নরি অমসুং হাৎপা ফাওবগী দন্দি পীরি। শরুক ওইবা চৈফু অসি পার্টিদা য়াউরিবা লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিং অদুগী মথক্তা পীরি। মখোইশিং অসি বিপ্লবকীদমক, সোসিয়েলিজমগীদমক থেংনরকখিবা লড়াইশিং অদুদগী হৌরকপা, লাইরিক লাইশু হৈরবা ফরবা ক্লাংবুনি। অসিগুম্বা লাইরিক লাইশু হৈবা বিপ্লবীগী শাজৎ লৈরবা অদুগা মাও সে-তুংগী লুনা থল্লবা পোল্লিসি অসিবু য়ামনা হেন্না নিংথিনা উবা ওম্বা কাংবু অসিবু মাওগী কাংবু অসিনা তশেংনা মাংহনবা পাম্মী।

নিউক্লিয়ার রোকেট প্রোগ্রাম পাংথোক্কবা হোৎনবগা মরি লৈনবা সাইন্টিস্ট অমসুং টেকনিকেল স্পেসিয়েলিষ্ট খরদংদা "কল-চরেল রিভোলুসন" না শোক্কনা থমলি। "কলচরেল রিভোলুসন্না" মখোইগী স্বার্থ শোক্কবদি নত্তে।

নেসনেল বুর্জোয়াশিংনা "কলচরেল রিভোলুসন"গী মরমদা ক্তমিল্লা ভাইদুনা লৈবগী চলাক অদু তৌরি। "শেঞ্জাও পায়বগী কম্ব্রী ইল্লিবা মত্রগা ইন্নবা হোৎনরিবা মখোইশিং" অদুবু শাখিনা শোকননবা কন্না হোৎনবগী থাক অসি য়োরবা ফাওবদা নেস-নেল বুর্জোয়াশিং অসিগী মথক্তা আক্রমন তৌদ্রি; মখোইবু দন্দি পীখি। মখোইগী শেন্দোই ফংলি অমসুং মখোইগী খুদোংচাবশিং

অদু ওাক্তনা থমলি। পিপলস রিপব্লিক অফ চিনাদা ইকুই কুইদনা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুনা বুর্জোয়া দিমোক্রেটিক পার্টিশিংদা অমাওবা অমত্তা পীদে। মরু ওইবা বুর্জোয়াজি মচিন চংপ ) অমত্তসু শোক্তে। মরু ওইবা ফমশিং পায়রিবা (মন্ত্রিশিং, অদু চীনা এসেমব্লী অফ পিপলস রিপ্রেজেণ্টেটিভসকী পার্মে- নেণ্ট কমিটি মেম্বরশিং অমস্যুং অতৈশিং) মরু ওইবা বুর্জোয়া অমত্তসু লমন খুন্নগী থবকশিং অসিনা অশোক অপন পীদে।

অদুনা মহৌশানা তানা বুর্জোয়াজি মীওইশিং অসিনা লৈবাক অসিদা থোকলিবা রাজনিতিগী ইরাং হৌরিবাশিং আস মখোইগী ফিভম চেংশিনহন্নবা হোৎনবদা শিজিন্নরি। হৌজিক লৈরিবা অবস্থা অসিনা কাউণ্টর রিভোলুসনগী থবকশিংদা অদুগা ইউ- নাইটেড স্টেটস অমস্যুং চিয়াংকাইসেকী এজেণ্টশিংনা লৈবাক মাংহন্নবা হোৎনবগী থবকশিংদা খুদোংচাবা পীরি।

"কলচরেল রিভোলুসন" অসিনা জাতিগী রাফমদা য়ামনা শাথিনা খেৎনবা থোকহনবা অমসু উরে। সোভিয়েট রাসিয়া অমস্যুং অতৈ জাতি মশিং য়ামনা লৈবা সোসিয়েলিস্ট স্টেটসশিংদা জাতিগী রাফম অসি কোকহনখিবা থোওং অদুগী ওন্ন-তৈনবদা চীনাদদি সমস্যা অসি লান পান্না অমগী মওংদা শেংদোক্নবা হোৎনৈ। অশেংবদি চাইনিজ নত্তবা জাতি ৫০দগী হেন্না চীনাদা লৈ। মখোইগী মীশিং পুন্না মিলিয়ন ৪৩ রোম লৈ। মীশিং মিলিয়ন অনিদগী অহুম ফাওবদা লৈজবা জাতি কয়ামরুমদি অটোনোমস রেজিয়ন্স নত্রগা অটোনোমস এরিয়া ওইবগী মমিংদা অককনবা নেসনেল অটোনোমি থরদমক ফংহল্লি। খুদম ওইনা

হায়রবদা মানচূরিয়ানশিং (মীশিং ২.৪০,০০০) অসি পিপলস রিপ্‌- ব্লেক অফ চীনা শেম্বা মতমদা অটোনোমি অমতা ফংলগদে। মী তানবগী থবক্তা পাকনা চাউনা শেমদোকখিবা, লম লমগী বাউন্দরিশিংদা তোংদোকখিবা অমসুং অমগা অগগা পূমশিন্নখিবগ পোলিসি পূমনমক অসিগী ফল ওইনা অটোনোমস বেজিয়ন্স থরদি মখোইগী অটোনোমি অচ্চ তশেংনা মাংশ্রবনি।

তোঙান তোঙানবা জাতিশিং অমসুং জাতিশিং অচুনা মশাগী মরাইবক শেমগৎচনবগী রাকমদা লেনিনগী নিয়ম (প্রিনসিপল) অদু মাও সে-তুং অমসুং মাগী থৌগলগী মীশিং (মতুং ইনবশিং) অচনা করিগুম্বা অমতা থৌশাদবা, জাতিয় এলাকাশিংদা শেলথুম অমসুং কলচর চাউথৎপা হন্থরকপা, অচৌবা জাতি ওইরিবা হান জাতিগী নাপল হেনগৎহন্নবা হোৎনবা, "লম লমগী ওইবা জাতিগী রাথল" অচ্চ খেংনবগী নামাদা জাতিগী কেদরশিংবু দন্দি পীবা ১সুং হাৎতোকপা, হান জাতিনা (চাইনিজ) অতৈ মথল মখা য়ামলবা জাতি মচাশিং কয়াবু চুপশিনখিবা অচুগা জাতি মচা মচাশিংগী লোন, চৎনবী অমসুং লমচৎ শাজৎপু কুকচনা য়েংবা —পুমনমক অসিনা মাও সে-তুংগী পোলিসি অসিবু জাতি মচা-শিংনা পেন্দবগী মরম ওই। অসিগুম্বা পেন্দবা অসি "কলচরেল রিভোলুসন্না" হেনগৎহল্লি। সিকিয়াং, টিবেট অমসুং ইন্নর মঙ্গো-লিয়াগী লমশিংদা তশুনা থৎন চৈনবগী অমসুং মাওগী মতুং ইনবশিংগা তত্তনা পাকচাউনা থেংননবগী মরম ওই।

মাও সে-তুং অমসুং মাগী কাংবুশিংগী পোলিসি অসিন লৈবাক অসিদা খুদোংথীবা থোকহল্লে।

মসিনা ভশেংনা উৎলে মাঙ্গদি মতুংদা করি থোক্লক্কদগে হায়বা খন্দবা "প্রোলেটরিয়ান কলচরেল রিভোলুসন" অসিগা প্রোলেটরিয়েট ওইরবস্তু নত্রগা কলচর ওইরবস্ত রিভোলুসনগা করিগুম্বা অমতা মান্নদে।

"কলচরেল রিভোলুসন" হায়রিবা অসিনা কমিউনিষ্টশিং অমস্তুং শীনমী মীয়ামগী রাখল্লদগী মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী অমস্তুং প্রোলেটরিয়ান ইন্টর্নেসনেলিজমগী রাখল মুথৎনবা হোৎনবনি। মাওগী রাখল অসিতমা অচুম্বা আইদোলোজিনি উৎনবা অদুগা মাসিবু ধর্ম্ম মখলঅমগুমনা চাইনিজ প্রজাশিংদা নমতুনা চৎহন্নবা অমস্তুং লৈবাক অসিগী মীয়াম্বু মাও সে তুংগী মথুক্তা মমিৎ তাংলবা খুৎলাই অমগুমনা শিন্নথোক্লবা হোৎনবনি।

কমিউনিষ্ট পার্টি অসি চাইনিজ শীনমী কাংলুপকী মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট রাখলদা হৈ-শিংলবা মাংথাবা গার্ড (ভাক শেনবা) অমা ওইবা অদু মুথৎননবনি। প্রজাশিংগী গনতন্ত্রগী প্রথা অদু মাংহন্নবা, প্রজাশিংগী মনিং মথা তম্বা মুথৎনবা অদুগা মিলিটরীগী অশুপ্পা দিক্তেটরসিপ অদু লিংখৎনবা হোৎনবনি।

হান্নবা নেমতুনা লৈরবা য়ুমলৈ কৈরৈগী অবস্থা অদু অমুক্তা হস্থহন্নবনি, শেল থুমদা মহৌশাগী মরল্লাই ওইবা শাজিৎ অদু লৈহন্নবা অদুগা দেশ অসিগী মরু ওইবা শেল থুমগী লম্বী পূমনমক অদু রোকেৎ-নিউক্লিয়ারগী মরু ওইবা মচাকশিং অদু শাবদা শিজিন্নথোক্লবা হোৎনবনি।

অচৌবা জাতি অমা ওইবগী লান পাম্বা শাজিৎ অদু পোক্‌-হন্নবা অদুগা অতৈ জাতিশিংগা য়েংথিনবা পোকহন্নবনি।

অন্তরজাতিকী ওইবা হিরম কয়াদা চীনান। লুচিংবা ওইনবগী অচৌবা শক্তি অমগী খোয়াং অদু পোকহনবা শেমশাবনি।

( কোম্যুনিষ্ট, নং ৭, ১৯৬৮ )

---

## অন্তর্জাতিকী হীরমদা মাও সে-তুংগী রাজনিতিগী লম্বীগী মরমদা।

অন্তর্জাতিকী হীরমদা মাও সে-তুংনা চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিদা মমন্থনা চৎশিন্নবা রাজনিতিগী লম্বী অসি মতম কয়াগী মমাংদগী হৌরকলবা য়াওন অমদগী ওইরকপনি।

চাইনিজ লিদরশিংনা পৃথিবীগী অশুপ্পা নেতা ওইনি'বগী মীহৌবা অর্দুগী অহানবা লংলবা খুদমদি শোক ১৯৫০গী হৌরকপা অদুদগী শেংনা উরক্লবনি। মতম অদুদা অতৈ পার্টিশিং অমসুং লৈবাকশিংগী থবক্তা অচুম অরান লমজিংনবগী অশুপ্পা খাইদগী য়াংবা বিচারপতি ওইবগী দাবি অসি মখোইনা তৌরকলবনি।

শোক ১৯৫০গী লোইরকপদা কমিউনিষ্ট পার্টি অফ চীনা (সিঃ পিঃ সিঃ) গী লিদরশিংনা অন্তর্জাতিক কমিউনিষ্টকী খোংচৎকী সধারন পরিংগা মান্নব্রা মখোইগী রাখলশিং অদু ফোংনা লাউথোকপ্রবনি। মতম অদুদদি মখোইগী রাখলশিং অদু মতম খরদগী ওইবা ( টেমপোরেরি ওইবা ) অরানবা রাখলনি হায়না মী অয়াম্বনা লৌনরম্মী। মথা চৎথরকপা থৌদোকশিংনা উৎলকলিবদি মাদু অচম্বা অরানবা নত্রে, কমিউনিষ্ট আন্দোলনগী সধারন পরিং অসি হোংদোক্নবা য়ামনা ভাব তানা হোৎনবনি

অদুগা মাও সে-তুংগী পোলিসি অসি পানশিল্লবা হোৎনবনি হায়বসি উরে।

শোক ১৯৫৭তা ফমখিবা কমিউনিষ্ট অমসুং ওয়ার্কর্স পার্টিশিংগী মোস্কো কনফরেন্সতা পৃথিবীগী ইমপরিয়েলিজম অসি নিউক্লিয়ারগী লানতনা মাইথিবা পীবা ওমগনি, লান অদুদা মশিং লাকওমদনা শিবা, অরা অনা তাবা অমসুং খুদোংথীবা পুন্নমক অদু থোইনা মরু ওইদে হায়না মাও সে তুংনা হাল্লনা হায়থ্রবনি। চাইনিজ নেতাশিংনা মখোইগী অরানবা লাইন (রাখল) অদু এপ্রিল ১৯৬০দা ফোংখিবা "লোং লিভ লেনিনিজম" হায়বা অদুদা কোংদোকথ্রবনি। অদুগী মতুংদা জুন ১৯৬০দা পেকিংদা ফমখিবা ওয়ার্লড ফেদরেসন অফ ট্রেড ইউনিয়ন্স, শোক ১৯৬০গী কালেন থাদা বুকারেষ্টতা ফমখিবা কমিউনিষ্ট অমসুং ওয়ার্কর্স পার্টিশিংগী প্রতিনিধিশিংগী কনফরেন্স অমসুং শোক ১৯৬০দা মোস্কোদা ফমখিবা কমিউনিষ্ট অমসুং ওয়ার্কর্স পার্টি ৮১গী প্রতিনিধিশিংগী কনফরেন্সতসু হায়থ্রবনি।

শোক ১৯৬০গী মবেম্বরদা ফমখিবা কনফরেন্স অদুদা য়াউখিবা প্রতিনিধিশিং অদুনা মুন্না থল্লবা মতুংদা চাইনিজ লিদরশিংনা মখোইগী তোপ তোপ্পা লাইন অমা চৎহন্নবা হোৎনরিবা অদু য়াথিত্রবনি। চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী লিদরশিংনা মন্নাম্না য়ানরবা পৃথিবীগী জাতিশিংদা তৌবা ডিক্লারেসন অমসুং আপিল অদু লোহি তৌখি। তৌই অমসুং মাদু পুন্নমক অদু য়ামনা হৈ-শিংনা চলাক তোরথানি হায়বসি য়ামনা থুনা থংলকলম্মী। মাও সে-তুং অমসুং মাগী কাংবুনা কমিউনিষ্ট মুভমেন্টকী সথারন লাইন অসিদ শাথিনা আক্রমন তৌনবা শেম শাবা হৌরকখি।

মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংনা খাংবা কয়া, হল্লা হল্লা কমরেড ওইবগী মওংদা চাইনিজ লিদরশিংদা মখোইগী অয়ানবা য়াথলশিং অদু শন্দোকমা হায়রম্মী। পৃথিবীগী কমিউনিষ্ট আন্দোলনদা অমসুং চীনামক্কী জাতিগী স্বার্থদা মখোইগী অয়ানবা য়ার্থলশিং অদুদগী থুদোংথীবা থোয়কদবশিং অদু উৎলম্মী। খেৎনরিবশিং অদু তাইশিন্নবা মথল মথলগী উপায় প্রস্তাব তৌরম্মী। কোংবা চৈনবা ভোকননবা, অমি নত্রগা ময়াম ফমমিন্নহনা য়ারী শাননবা অদুগা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরক্তা অমগা অমগা তেংবাংনবা অদু হেনগৎহন্নবা ওইথোকপা য়াবা উপায়শিং হায়রম্মা। মাওগী কাংবুনা প্রস্তাব পূগনমক অসি ওক য়ামনা কনবগা লোইননা য়াখিদে। শোক ১৯৫৭ অমসুং শোক ১৯৬০দা পুন্না ফম্মিন্নহনা শেমগ্রবা অন্তর্জাতিক্কী ওইবা কমিউনিষ্ট আন্দোলনগী সধারন লাইন অদু হেন্না হেন্না ফোংনা শেমদোক-হোংদোকপা হৌরকলম্মী। মখোইগী অন্তর্জাতিক্কী ওইবা থবকশিং অদু ময়াম্না য়ানগ্রবা সধারন লাইন অদু ইন্দুনা চৎলিবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অমসুং কমিউনিষ্ট পার্টিশিংগী বিরুদ্ধদা হেন্না হেন্না তমশিন্নকপা হৌরকলম্মী।

শোক ১৯৬৩দা চাইনিজ খবরশিংদা চৈনবগী আর্টিকল (কমরেড টোগ্লিয়াটি অমসুং থোরেজদা পীবা "পাউথুম" অদুগা ইউ: এস: এঃ অমসুং ইন্দিয়াগী কমিউনিষ্ট পার্টিশিংগী মথক্তা আক্রমন তৌবা) কোংগ্রবা মতুংদা চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী লিদরশিংনা "পোইন্ট ২৫" গী "অন্তর্জাতিক কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টকী সধারন লাইনগী মরিদা প্রস্তাব অমা" হায়রহনা পুথোরকলম্মী।

শোক ১৯৬৬কী আগষ্ট থাদা কমখিবা চীনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ত্রেল কমিটিগী ১১শুবা প্লেনারি মিটিংনা দলিল অসি মাও সে-তুংগী "মশামক্ত মিৎয়েং মথাদা পুথোকখিবনি" হায়না ফোংদোকখিরম্মী। দলিল অসি "প্রোগ্রামগী ওইবা" মওংনি হায়না লাউথোকপগা লোইননা মাওগী কাংবুনা মখোইগী "পোইন্ট ২৫" অসি হায়না ময়ামনা য়ানগ্রবা পৃথিবীগী কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টকী সধারন লাইন অদুগী বিরুদ্ধদা অফিসিয়েল্লি থবক চৎথরকই।

চাইনিজ কমিউনিষ্ট পার্টি লিদরশিংনা অতৈ মরুপ মপাং ওইবা পার্টিশিংবু চৈবা হেনগৎলিবা অদুকী মতিক মখোইনা পামলিবসি মতম অসিগী বিপ্লবী ওইবা পার্টি ১সুং শক্তিশিং অসি মখোইগী লমজিং মথাদা থম্বনি অদুগা মখোইগী কমিউনিষ্ট আন্দোলনগী পোলিসি অদু মমদুনা চৎহনবনি হায়বসি শেংনা উবা হেনগৎলকই। চাইনিজ খবরশিংনা চৈ-থাংবগী শাথিরবা শাক্তং, অশেংবা থোদোকপু লালহন্নবা জ্ঞান তানা হোৎনবা, মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিং অমসুং সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরমদা অরানবা শীননবা শেমজিন-শাজিনবা— পুমনমক অসিনা উৎলিবদি চাইনিজ কমিউনিষ্ট পার্টি লিদরশিংনা কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টকী বিরুদ্ধদা রাজনিতিগী লড়াই অমা চৎথরকলি অদুগা মখোইগী বিপ্লবী ওইবা রাজাওশিং অদু মীনম্বগী শাক্তংনি ১সুং মশাগী য়েংবা রাজনিতিগী রাখল অদুগী মথা পোনবনি।

খাইদগী হেন্না মরা চেৎলবা, লেংদ্রবা বিপ্লবী ওইনা উৎপা অমসুং পৃথিবীগী বিপ্লবকী কেন্দ্র অসি পিপলস রিপব্লিক অফ চীনা ( পিঃ আরঃ সিঃ ) দা হোংলকলে হায়বা মখোইগী থেসিস

অদু চুমহন্নবগীদমক চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি লিদরশিংনা বিপ্লবকী আন্দোলনশিংগী লিদর ওইবা পাম্মী। অসিগুম্বা আন্দোলনশিং অসি মখোইগী মরম্লাইগী ওইবা অন্তর্জাতিগী হীরমদা অচৌবা শক্তি; লান পাম্বা অচৌবা জাতি অমা ওইবগী লাইন অদু পাংথোক্লনবগী থুৎলাই ওইহনবা পাম্মী।

মাও অমস্থুং মহাক্কী কাংবুশিংনা মাওইজমগী (মাওগী নিতিগী) শাজৎ অসি "পৃথিবীগী ওইনা" কাম্নরবা অমা ওইহন্নবা হোৎনবা অমস্থুং পৃথিবীগী মফম পূমনমক্তা মসিনা সমাজ চাউখৎনবা সমস্যা পূমনমক পাংথোক্নবগী থিওরিগী য়ুম্ফম ওইনা চৎহন্নবা হোৎনবা পূমমমক অসি মখোইগী জাতি অচৌবা ওইবগী লান পাম্বা আশা অদুগা মরি লৈনৈ। চাইনিজ বিপ্লবতগী ফংলকপা জ্ঞান অদুগী মরমদা মরু ওইনা তত্তনা ঙাংলিবা, মরু ওইনা গেরিলা লাল্লোংগী মরমদা ঙাংলিবা পূমনমক অসি মখোইগী অপাম্বা অদু থুংনবনি। চাইনিজ বিপ্লব অমস্থুং গেরিলা লাল্লোং অদুদগী ফংলকপা জ্ঞানশিং অদুনা খ্বাইদগী চুমলবনি হায়রিবা অদুগা মাদুদগী দেশ পূমনমক্তা অমস্থুং জাতি পূমনমক্তা চপ মান্ননা পানবা য়ারবা "সংধরন আইন" অমা পুথোক্লবা হোৎনরিবা পূমনমক অসিমু, মখোইনা নিংলিবা অদু থুংননবনি। সাইন্টিফিক কমিউনিজম হৌদোকলম্বশিংনা অমুক্তা নত্তনা হন্না হন্না হায়ৱরবনি মাদুদি জাতি অমগী ওইবা জ্ঞান অদুগী কাম্নবা অদু হেংঙিন্না লৌরবা অদুগা অদুগুম্বা জ্ঞান অদু বিপ্লবী ওইবা শক্তিশিংগী মথক মখা অয়াম্বা লানমী কাংবুশিংগীদমক্তা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা লৌরগদবনি হায়না খল্লবা, লম অদুগী অশেংবা

অপস্থা অমসুং খলহৌদ্রবা অমুক ওইরবদি বিপ্লবকী হীরম-থৌরম খুদিংদা শাথিনা অমাংবা ওইগনি। মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টি-শিংনা মখোইগী থবকশিং অমসুং অপুনবা জ্ঞানগী (পুন্না তাম্নরুরগা ফংলকপা লৌশিংগী) মথক্তা চৎথবা অমুগা বিপ্লবকী থিওরি অমুগী মান্নবা নিয়মশিং অমসুং মুন্না খংলগা নিংথিনা থবক্তা পানবা অমুগা লোইননা মাগী মাগী দেশকী তোপতোপ্পা অবস্থা অমসুং কুপ্না খংলগা থবক চৎথবা মরমদগী কমিউনিষ্ট আন্দোলনগী মঙ্গোল অমসুং জয় ওইবা পৃমনক অসি ফংলকলিবনি।

মাওগী রাখল পরেং অসি য়ামনা তোইনা ফোংনা লৈবাক্ ইরাং হেইন্নবা ওই। মাও সে তুংনা মশানা মতম মতমগী লাউ-থোকখিবা মখল মখা য়াংলবা নিয়মশিং অদু ইন্দে। মহাক অসি "পৃথিবীগী বিপ্লবকী লুচিংবনি" হায়না উৎনবা হোৎনরবসু পুনসিগী অশেংবা থবক্তদি অচৌবা শক্তি অমগী পোলিসি লো-খৎলি। পৃথিবীগী কমিউনিষ্ট আন্দোলনগী অশেংবা স্বার্থ অমুদি থোশাদে।

মাও সে তুংগী নিয়ম য়াউদবা ফোরেন পোলিসি অসিনা য়ামনা শাথিনা ওন্না তৈনবা শাজৎ অমা লোই। মশাগী কান্ন-নবগী রাখলদা থোদোক অদুগী মতুং ইন্না মহাক্না পাম্বা মওংদা শ্লোগান হোংই। মতম অমসুং থবকী থাক মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মওংদা ব্যাখা তোই।

পৃথিবী চাউখৎনবগী মরু ওইবা সমস্যাদা মখোইগী হেঞ্জিন্না খুমাং চাউশিনমনবা, থৌনা ফবা হেঞ্জিনবা অমসুং তৌশিন্নবা অসিনা মাওগী কাংবুগী শাজৎনি। অন্তর্জাতিকী ক্ষেত্রদা মাও

সে-তুংনা পামলিবা রাজনিতিগী লম্বী অসি মওং তাননবা অমসুং থবক্তা পান্নবা চহি ১০ রোম চংনা হোৎনরকলিবা থৌরমশিং অসিনা ময়েক শেংনা তাকলকলিবদি মাহাক্কী লম্বী অসি মার্ক্সিষ্ট অমসুং লেনিনিষ্টকী বিরুদ্ধদনি, মাসিনা পৃথিবী পুমনমক্কী বিপ্লবী ওইবা আন্দোলন অমসুং মীওইবগী চাউখৎপদা খুমাং চাউশিন্নবগী থবক্তা অপনবা পীবনি অদুগীসু মথক্তা চাইনিজ প্রজাশিংমক্কী জাতিগী ওইবা স্বার্থগীসু বিরুদ্ধদা থবক তৌবনি।

অন্তর্জাতিক্কী সমস্যাদা করিগুম্বা মফমদা মখোইগী অখোংবা থর ফংগনি থনবা মফম অদুদদি মাও সে তুংগী কাংবুশিং অসিনা সমস্যা অদু অমুক হেন্না ফত্তবা হেক্লিলহন্নবা হোৎনৈ। করিগুম্বা থৎন চৈনবা লৈবা মফম অদুদা অচাকপা মৈদা থাও হৈজিল্লি। অদুগা লোইননা মখোইগী লৈবাক মনুংদা লানগী রাথল অমা কন্না শাগৎনবা হোৎনৈ। করিগুম্বা য়ুমফম অমতা য়াউদনা, মরম চাদনা চীনা অসি মাইকৈ পুমনমক্তা লানগী খুদোংথীবা লৈরে হায়জিন্দুনা চাইনিজ প্রজাশিংদা অকিবা রাথল পীশিন্নবা হোৎনৈ।

চীনাদা শাসন পাইরিবা কাংবুশিং অসিনা ইউ এস এস আর (রাসিয়া) অমসুং ইউ এস এ (আমেরিকা) অনিগী মরক্তা নিউক্লিয়ার লান অমা থোকহন্নবা হোৎনৈ। মাদুদা মখোইনা "কৈজাও অনি চিকনরগা চীংথক্তা ফমদুনা কুম্মৈ য়েংবা" হায়বা চাইনিজশিংনা হায়নবা অদুগুমনা য়েংদুনা লৈরগা কান্নবা লৌদুনা অন্তর্জাতিক্কী ক্ষেত্রদা মখোইনা লিদরসিপ লৌননবা হোৎনরি। মাওগী "পৃথিবী বিপলবকী থৌশিল" হায়বা অসিগী

চপ চাবা অর্থদি মথক্তা হায়রিবা অসিনি অতৈ করিস্ন মন্তে। মরম অসিদগী সোভিয়েট ইউনিয়ন অমস্নুং সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক-শিংবু পাংদবা, সম্রাজ্যবাদিশিংগা লোতুনবা অমস্নুং বিপ্লবকী থোরমদা খুগাইবা পীবা হায়বনচিংবা অথিবা রাইহনা চৈদ্বনা প্রচার তৌরিবা পুমনমক অসিগী অশেংবা, অচুম্বা মরম অদু খংবা ঙম্মী। সম্রাজ্যবাদিশিংগী বিরুদ্ধদা লরাই তৌবগী পোংলুম অদু পুরিবা জাতি পুমনমকপু মখোইনা অস্নুমনা চৈরি।

লান অমস্নুং শান্তিগী মরমদা মাও সে তুংগী রাথল অদু য়ামনা কুংনা প্রচার তৌবনা চীনাগী কমিউনিষ্ট পাটিগী হৌজিকী লিদরশিং অসিগী মরু ওইবা থবক ওইরি। চীনাগী মীশিং অসি য়াম্না য়াম্মী; মিলিয়ন ৭০০লৈ অদুনা অকনবা লাম্থেংনরবস্নু কান্নবা ফংবা য়াই হায়বা অসিনা মাও সে-তুংগী পোলিসিগী মরু ওইবা য়ুম্ফমনি। মাসিগী মরু ওইবা শাক্ত ও প্রজা মিলিয়ন কয়া বলিদান তৌবা য়াই অদুগা মরু ওইনা অপিকপা জাতিশিংদি পুমমুৎ মুৎহনখিবা অসিনি। চাইনিজ লিদরশিংগী মত্তদি "নিউক্লিয়ার লান অম থোকলবদি মখোইশিং অসিনা সেক্রিফাইস তৌগদবনি" হায়বা অসিনি।

ইম্পিরিয়েলিজমগী বিরুদ্ধদা থেংনবগী মরমদা মাও কাংবু অসিনা য়ামনা ওন্ন তৈনবা ফিভম অমা লৌরি। মাইকৈ অমরোমদা "মীয়ামগী লাল" অমস্নুং "রাজনিতিগী শক্তিদি নোংমৈ চীন্দোন্দগী হৌরকদবনি" হায়বা পাউতাক অসি প্রচার তৌই। পাউতাকশিং অসি শোক ১৯৬৫ দা ফোংখিবা লিন পিয়াওগী আর্টিকল "লোং লিভ দি ভিক্টোরি অফ দি পিপলস রার" হায়বা অদুগী ওপচিন্নকপা

রাখলনি। মাসি লানগী মরমদা মাও সে-তুংগী রাখল অদুদগী লৌবনি। মাওগী রাখলদি চীনাগী জাতিগী মুক্তি লড়াইদগী ফংলকপা জ্ঞানশিং অদুনা খাইদগী অথোইবনি অদুগা অদুগুম্বা রাখল অদু অতৈ দেশশিংদা লম লম অদুগী অশেংবা ফিভম ১ম্মুং অবস্থা অদু য়েংদনা নমতুনা লৌশিন্নবা হোৎনবনি অদুগ। অন্তর্জাতিকী ক্ষেত্রদস্তু জ্ঞান অদু লৌশিন্নবা হোৎনবনি। মাইকৈ অমম্বোমদনা মাওগী কাংবু অসিনা হেক্তিন্না বিপ্লবি ওইবগী রাঙাংমা লৈবাক ইরাং হৌশিন্নবা হোৎনরি অদুগা "পৃথিবীগী ওইবা বিপ্লব অগগী মামাদা" লড়াই অসি সম্রাজ্যবাদিশিংদা "তাজিন তম্মবদি" হোৎনদে। সম্রাজ্যবাদিগী বিরুদ্ধদা লড়াই তৌরিবা হায়ববু কান্নব্রবা রাঙাং ময়াম ঈশিং হৈদোকপগুম ঙাংবা অদুনা লোইরে।

লৈবাক্কী শেল থুমগী উপায় পূমনমক অদু নিউক্লিয়ার মিজাইল শাবদা পুল্লপনা শিজিন্নখোল্লগা চীনাগী তুং শোৎখরবা অবস্থা অসি কোক্লনবা, শৈল থুমগী অবস্থা ফগৎনবা হাৎনদে। অম্মমনা চাইনিজ প্রজাশিংবু অকিবা ফংনা সেক্রিফাইস তৌহল্লি অমসুং অমাংবা থোকহল্লি। অদুবু মাও সে-তুং ১ম্মুং মাগী কাংবুনা মথোই মশাগী লৈবাক্কী স্বার্থ হেনগৎহনগদৌরিবনি অমসু পৃথিবীগী বিপ্লব হেনগৎহনগদৌরিবনি হায়না থবক তৌরি। পেকিংনা খল্লিবদি চীনাগী পৃথিবীগী লিদরসিপ লৌগে হায়রবদি নিউক্লিয়ার মিজাই-লশিংনা মরু ওইবা খুৎলাইনি অসিনি।

পেকিংগী লিদরশিংনা "বিপ্লবী" ওইবগী অচৌ অচৌবা রা কয়া ঙাংবা অদুগা মশিং য়াম্বগী নুংঙাই খাইকনবা তৌগনি চীয়না হন্না হন্না লাউনা ঙাংবা পমনমক অসিগী মহুত্তা ইল্প-

রিয়েলিষ্টশিংগা মরি থমমরি। কেপিটালিষ্ট লৈবাকশিংগা লল্লোন ইতিক্কী মরি থমনবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংবু "ইম্পরিয়েলিষ্টশিংগা লৌক্কনৈ" হায়মা মখোইনা চৈরি অহুবু মখোইগী কান্নগদবা লৈরবদি মখোইগী রাজনিতিগী নিয়ম অদুমক তপনা তপনা থুগাইরি। চীনাগী অহানবা নোংচুপ ইউরোপকী মরুপ ওইরিবা এফঃ আরঃ জিঃ (ফেদরেল রিপব্লিক অফ জর্মনি) গা পিঃ আরঃ সিঃ গা (পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাগা) অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অসিনা অশেংবা লংলবা খুদমনি। পিপলস রিপব্লিক অফ চীনাগ ফেদরেল রিপব্লিক অফ জর্মনিগা অনিগী মরক্তা লল্লোম ইতিক তৌনবা অদুন পিপলস রিপব্লিক অফ চীনা অসিগা জর্মন দিমোক্রেটিক রিপব্লিক (জিঃ দিঃ আর) গা অনিগী মরক্তা লৈনবা লল্লোন ইতিক্কী থবক্তগী শরুক অহুম হেল্লি। শোক ১৯৬৭ তা হোংকোংদা লৈবা ফার্ম অমনা অনিগী মরক্তা থমলগা চীনাগা ইউঃ এসঃ এঃ গা (আমেরিকাগ) কারবারগী থবক হেনগৎহনখ্রে।

তৌশিল্লবা বিপ্লবী অমগী শ্লোগান লাউদুনা মরুম থুগ্গনা লৈরগা মাওইষ্টশিং (মাওগী থিওরি ইনবশিং) অসিনা অশেংবদি নোংচুপ জর্মনিগী বিরুদ্ধদা থেংনবা লড়াইদা মরুপ মপাং ওইবা পার্টিশিংনা য়ানগ্রবা লাইন অদুগী মায়োক্তা থবক চংথৈ।

সোভিয়েটকী বিরুদ্ধদা লেপ্পা, নিউক্লিয়র লৈননবা (থমননবা) হোৎনবা, ইউরোপ্তা মৈশা ইরাং হেনগৎ ন্নবা হোৎনবা অমসুং লমগী বোর্ডর অমুক হন্না শেমদোক লেপথোক্নবা অসিগুম্বা থবক্তা তশেংনমক মাওগী মতুং ইনবশিংগী ফিরেপকা ফেদরেল রিপব্লিক অফ জর্মনি (নোংচুপ জর্মনি) গা তিন্নরি।

অসিগুম্বা ফিরেপ অসিদগী মী অমনা ইলাই লাইনা থম্বা ওম্মী। মাদুদি পেকিংনা ভিয়েটনামগী লৈরিবা সমস্যা অসি রাজনিতিগী য়ানবা অমনা লেপথোকনবা অদু খিংননবা চলাক তৌরি। চীনাগী শাসন পায়রিবা কাংবু অসিনা পামলিবদি ভিয়েটনামগী লান অসি হেক ওমলিবমখৈ শাংদোকহনবা অসিনি। মখোইগী অচৌবা শক্তি অমনি হায়বগী রাজনিতিগী থৌরম অসিদা লান অসিনা মচাক অমা ওইনা লৌরি। মাদুনা ভিয়েটনামগী প্রজাশিংগী স্বার্থগীদমক্তা অদুগা সোসিয়েলিষ্টকী অপূনবা অদুগীদমক্তা অমসুং পৃথিবীগী শীনমী কাংলুপকী আন্দোলনগীদমক্তা করিগুম্বা অমত্তা থন্দে। প্রোলেটরিয়েটশিংগী অন্তর্জাতিক ওইবা শাজৎ অদুগী মরু ওইবা নিয়মশিং অদুবু বিশ্বাশঘাট তৌই।

ভিয়েটনামগী লান অসিনা মরম ওইদুনা ইউঃ এসঃ এসঃ আরঃ (রাসিয়া) অমসুং ইউঃ এসঃ এঃ (আমেরিকা) অনিগী মরক্তা লাঞ্জাও অমা থোকপা, লান অদুদা চীনাদি য়াউদবা অসি পেকিংনা পাম্মী। চাইনিজ সরকারগা আমেরিকাগী শাসন পায়বা কাংবুগা অমগা অমগা খুৎ লিংজিন্নদনবগী ভুমিন তুমিন্না য়ানথিবা অসি ইনৌ নৌনা ফোংদোরকপা থৌরম কয়ামা অমুম হেন্না হেন্না উৎথোরকই। "পিপল্স রিপব্লিক অফ চীনাগী মথক্তা হেক্তা লান্দারকপা মতমবদি আমেরিকাগী মায়োক্তা ভিয়েটনামদা চীনানা লাল চংলোই" হায়না চাইনিজ লিদরশিংনা অমুক্তসু নত্তনা হন্না হন্না ফোংদোকখ্রে (মাও সে-তুংগা ইদগার স্নো * গা

* ইদগার স্নো হায়বসি আমেরিকাগী খবরগী মীনি। মহাক্কা মাও সে-তুংগা শোক ১৯৩৬তা ইহান হানবদা উনখি। অদুদগী

ৱারি শান্নখিবা, শোক ১৯৬৫গী ফেব্রুৱারি ১১-১৮দা ফ্রান্স মেগাজিন লে নৌভিউ কেন্দিদে হায়বা অদুদা ফোংখিবা ) ইউঃ এসঃ এঃ না ( আমেরিকানা ) পিঃ আরঃ সিঃ গী লমদা চংশিল্লকপগী আশা লৈতে নত্রগা ভিয়েটনামগী লান অসি চীনাগী লমদা শন্দোরক্কে হায়বগী ৱাখল লৈতে হায়না জনসন অমস্তুং রস্কনস্তু মখোয়বোমদগী পল্লিক্তা খংহনপ্রবনি। আমেরিকা সম্রজ্যবাদিনা ভিয়েটনামদা লান তারিবা অসিগী বিরুদ্ধদা চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টিগা লোইননা পূল্লা থবক লৌখৎননবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক্শিংগী মরুপ মপাং ওইবা পার্টিশিংনা হন্না হন্না হোৎনরবনি। অদুবু মাসিগী মরমদা প্রস্তাব পুমনমক মাওগী কাংবুনা য়াখিদে। অস্তুমন্না মতম অসিগী খ্বাইদগী লুরবা সংস্যা অসিদা সোসিয়েলিষ্ট শক্তি পুমনংক্লা অপুনবা থবক লৌখৎপদা হঙ্গানরিবা পুমনমক অসিগী দায়িত্বদি চীনাগী কাংবু অসিনি।

সোভিয়েটকা য়ানদবা অসিগী মরমদা পেকিং তান্না "থোং শাননবা" আমেরিকাগী কাংবু অমনা তত্তনা হোৎনরি হায়বা অচুম্বা অসিদা পুকনিং চংগদবনি। ইকুই কুইদনা আমেরিকাগী মরু মরু ওইবা মীওইশিং— ইঃ রোষ্টো, এনঃ কাজেনবাক অনিমক আমেরিকাগী ষ্টেট অন্দর সেক্রেটরী ওাক্তনি, মখোইগা লোইননা অতৈ থরনা অফিসকী ওইনা ভাব তানা হায়বা হোৎত্রে মাদুদি আমেরিকানা পিঃ আরঃ সিঃ গা লৈনবা মরি ফগৎহনবা পাম্মী অদুগা মসিগী মরমদা পেকিংগী প্রস্তাবতা "ইউঃ এসঃ এঃ না হরাউনা পাউথুম পীগনি" হায়ত্রে।

---

হোৱদুনা মহাক চীনাদা তোইনা লাকই। মাবু মাও সে-তুং অমস্তুং অতৈ চাইনিজ লিদরশিংনা ওকই।

সম্রাজ্যবাদি লৈবাকশিংগা লৈববা মুরি ফগৎহনবগা লোইমনা চীনাগী শাসন পান্নবা কাংবুশিং অসিনা সমাজগী প্রথা তিন্নদবা লৈবাকশিংগী মরক্তা ইংনা তপনা পানমিন্নবগী মরমদা লেনিনগী প্রিন্সিপল অসিগী বিরুদ্ধদা শাথিনা ইরাং হৌননবা রাঙাংগী প্রচার চৎথৈ। প্রিন্সিপল অসি বিপ্লবকী অমম্ভং জাতিগী ওইবা রাথলগী স্বার্থগী ওন্নতৈনবনি অদুগা জাতিশিংগী সমাজ মনিং তমহন্নবগী রাথলগা চানদবনি হায়না লাউথোকই।

সমাজগী প্রথা মান্নদবা লৈবাকশিং ইংনা তপনা পানমিন্নবা হায়বা অন্তরজাতিকী রাজনিতি ক্ষেত্রদা কাংলুপকী লড়াইগী মওং অমা ওইরিবা প্রিন্সিপল অসিগী মথক্তা মাওগী কাংবুনা লান্দা রকইবা অদুগা জাতিশিংগী মমিত্তা প্রিন্সিপল অসিবু কান্নদবা ওইনা উহন্নবা হোৎনরিবা অসিমক মার্ক্সি'ষ্ট লেনিনিষ্টকী কাংলুপকী অবস্থাদগী তোঙান্না লাপথোকখিবগী প্রমান অমনি।

মাওগী কাংবুগী ফোরেইন পোলিসি অসিমক অচোবা শক্তি অমা ওইবা, মীশিং য়াম্বা, লান পান্ন' জাতি অমগী সধারন ওইবা পোলিসিগী মশানা তারবা অতোপ্পা ফল অমনি। মার্সি সোসিয়েলিষ্ট ফোরেইন পোলিসিগী মরু অদুদগী লাপথোকখ্রবনি, চীনা কমিউনিষ্ট পার্টি'গী শোক ১৯৫৬ কী ৮শুবা কংগ্রেস অদুনা লৌথিবা ফোরেইন পোলিসিগী ফিরেপ অদুগী ওন্নতৈনবনি। মসিনা বিপ্লব ১মুং শান্তিগী মায়োক্তা থোজিল্লকপনি, সম্রাজ্যবাদিশিংবু মতেং পাংবনি।

সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরমদা মাও সে তুংগী কাংবুনা লৌরিবা পোলিসি অপুন্বা অসি চীনানা পৃথিবীগী নেতা ওইবা

ফংননবা অচৌবা লান পাম্বা শক্তি অমা ওইবগী পোলিসি অদুগী মতুং ইন্না লেপ্পি।

মরুপ মপাং ওইবগী অমগা অমগা তেংবাংনবদা য়ামনা হেনগৎলবা, অমগা অমগা মান্ননা থন্নরবা অমসুং অন্তর্জাতিকী ওইনা খনমিন্নরবা অদুগুম্বা পৃথিবীগী ওইবা সোসিয়েলিষ্ট প্রথা অসিনা মাওগী কাংবুগী পৃথিবীগী নেতা ওইবা ফংনিংবগী য়াথল অদুদা মরু ওইবা অপনবা ওইরি। অদুনা সোসিয়েলিষ্টকী কাংবুশিং অসিগী মায়োক্তা লেপনবা, মাতুবু মচেৎ মচেৎ থুগাইনবা অমসুং শোন্থহন্নবা অদুগা লন্নাই দেশশিংবু মাতুদগী থাইদোক্নবা চীনাগী য়াশকনি। অসিগুম্বা পোলিসি অসিনা মশানা তানা মাওগী কাংবুনা লৌখৎলিবা ফোরেইন পোলিসি অসিগী লান্দাফম অসি ইম্পরিয়েলিজমগী মথক্তা নত্তে সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মথক্তা ওইরকই।

মাওগী কাংবুনা পার্টিগা মরি থদৎনবা অদুগা লোইন লোইননা চীনাগা রাসিয়া অমসুং অতৈ সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগা লৈনবা মথল মথলগী মরি পূমনমক থদৎপা হোরে। অশেংবমক পিঃ আরঃ সিংগা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক অয়াম্বগা শেল থুমগী তেংবাংনরম্বা পূমনমক হিরম থুদিংদা ককথৎল্লে। ফোরেইন ট্রেদতা চীনাগী শরুক শোক ১৯৫৯ দা ৬৮ পার্সেণ্ট লৈরম্বা অদু শোক ১৯৬৭ তদি ২০ পার্সেণ্টতা হন্থখরে। অমগা অমগা শেল থুম তেংবানবগী (মিউচুয়েল ইকোনোমিক এসিষ্টেন্স) কাউন্সিলগী ষ্টেন্দিং কমিসনশিংদা চীনাগী য়েংশিন থিজিনবা কাংবুগী থবক লেপল্লে। অদুগা লোইননা পিঃ আরঃ সিংগী ফোরেইন ট্রেদকী মরিশিং অদু অমুক শেমদোকল্লে। শোক ১৯৬৬ তা চাউখৎলবা কেপিটেলিষ্ট

লৈবাকশিংগা চীনাগা লৈনবা লন্নোন ইতিকী থবক অদু ৫৭ পার্সেণ্ট য়োনা হেনগৎখ্রে। অহাংবা আকাস অসি সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং পুম্না থিজিনমিন্নবা অমসুং শিজিনমিন্নবগী প্রস্তাব অদু পিপল্স রিপব্লিক অফ চীনা ( পিঃ আরঃ সিঃ ) না য়াখিল্লে। জোইণ্ট নিউক্লিয়ার ইনষ্টিটিউটতগী হন্দোকখ্রে। পেসিফিক লম ( প্রসান্ত মহাসাগরগী লম ) অ সদা পুম্না থিজিনমিন্নবগী থবক চৎথনবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক মল্লান য়ানখিবা এগ্রেমেণ্ট অদু মথন্তনা থুগাইখ্রে। মীওইবগী পুনসি কল্লনবগী অমগা অমগা তেংবনবগী মরমদা অদুগা থুদোংথীরবা অরুবা সমদ্রগী লমদা জহাজ অমসুং এরোপ্লেন্দা মতেং পীননবগী রা সয়া, চীনা অমসুং অরাং কোরিয়া অহুমনা য়ানখিবা সন্ধি অদু মতম শাংদোকহনশি হায়নদা য়াখিল্লে। সাইন্টিফিক, কলচরেল অমসুং স্পোর্টসতা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অমগা অমগা ওন্থোক ওনশিন, থাদোক থাজিন তৌনবা অদু য়ামনা হন্থখ্রে। পুমলেপ লেপখ্রে হায়বা য়াই।

অসিগা লোয়ননা মাও সে-তুং অমসুং মাগী কাংবুনা সোসিয়েলিষ্টশিংগী অপুনবা অসি থুগাইননবগীদমক পেকিংগী পোলিসিদা য়াবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক মথৈ পিঃ আরঃ সিঃগা মরি লৈননবা পোলিসি অমা লোখৎলকই। মখোইনা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরক্তা ( মরু ওইনা এসিয়াগী সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংবু ইউরোপকী সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অদুগী বিরুদ্ধদা ) খৎননবা, কাইননবা মরু হুনবা লাকনরি। এসিয়াগী সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংবু রাসিয়াগা তোঙান তানহল্লগা চীনাগী লমজিং মথাদা থমননবা হোৎনরি।

সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী প্রজাশিংগী মরক্তা ক ইনবা অমা পোক্লবা হোৎনবা, সোভিয়েট বিরোধি ওইবা য়াখল পীশিন্নবা হোৎনবা, লৈবাকশিং অদুগী প্রজাশিং অদুবু মখোইগী সরকার অমস্লুং কমিউনিষ্ট পার্টিশিংগী মায়োক্তা ইনশিল্লবা হোৎনবা পুম্নমক অত্র ফেল ওইরদুনা মাওগী মতুং ইনবাশিং অসিনা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মনুংদা থুগাইবা, ইরাং হোৎনবনচিংবগী থবক্তা অম্নম অস্নম চংশিল্লকই। অস্নুম তোদুনা মাওগী কাংবু অসিনা সোসিয়েলিষ্টকী অন্তর্জাতিকী ওইবা নিয়মশিং অসি শাথিনা থুগাইবতা নত্তনা দেশশিংগী মরক্তা অমগা অমগা মরূপ মপাং ওইবগী মরুওইবা চৎনবিশিং অদুস্থ থুগাইরি। পেকিংদা লৈরিবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী প্রতিনিধিশিং অসিগী বিরুদ্ধদা চাইনাজ অথোরিটিশিংনা য়েক্লবা অমগী মওংদা শাউহল্লবা য়াঙাং ঙাংই অমস্নং তাকু-তারাং মতৌ ওইবা মওং উৎলি। সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী লৈরিবা এম্বাসি ষ্টাফ অমস্লুং অতৈ লৈফমশিংদা আক্রমন তৌবা অমস্নং খুৎথোক্লা হীংসা তৌবা অসি থোকলি। শাউগৎনদুনা ইরাং থোক্লবা য়াঙাং অমস্নং থবক অসি সোভিয়েটকা চীনাগা ভাইনবা অমস্নং চীনাগা মঙ্গোলিয়াগা তাইনবা লমশিংদা চহি কয়ামরুম তৌদুনা লাকলি। নমথাকী রাজনিতি, শেল থুমগী চৈফু অমস্নং আইদোলোজিদা মাংনবা ওইবা পুম্নমক অসিনস্থ লোইদ্রদুনা মাওগী কাংবুনা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরুওইনা মঙ্গোলিয়ান পিপলস রিপব্লিকী লমদা শন্দোক্লবা থৌরাং তৌই।

অস্নুম তৌদুনা ইম্পারিয়েলিষ্টশিংগী মায়োক্তা থেংনরিবা

সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অসিনা মাওনা কাংবুগী আক্রমন অদুবু হেন্দোকহনখিনবা থেংনবা তারম্মী।

হৌজিক্কী চাইনিজ কমিউনিষ্ট পার্টিগী লিদরশিং অসিনা কমিউনিষ্ট আন্দোলন অপুম্বা অ'সগী বিরুদ্ধদা আইদোলোজিগী অমস্তুং রাজনিতিগী লড়াই অমা চংথরক্লি। অসিগুম্বা আন্দোলন অসিদগী আইদোলোজিদা অমস্তুং ওর্গেনাইজেসন্দা মাওগী কাংবু অসি পূমকক ককথংগে। পেকিংগী লাইন অসিগা য়ানদবা কমিউনিষ্ট অমস্তুং ওয়ার্করস পার্টিশিং অসি "ক্লিক্স"নি (লৌতুনবনি) অদুনা "অরোইবা ফাওবা লড়াই তৌগদবনি" হায়রি। হঙ্গেরি, বুলগেরিয়া, জর্মন ডিমোক্রেটিক রিপব্লিক, রাসিয়া, ফ্রান্স অমস্তুং অতৈ মরুপ মপাং ওইবা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংগী ইকুই কুইদনা ফমখিবা কংগ্রেসশিংদা চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি অ'স য়াউখিদে। কমিউনিষ্ট মুভমেণ্ট অসিগী অমতা ওইনা পূনবা অদু কনথংহনবা হোংনবা পূম্নমক অদু মাও অমস্তুং মাগী কাংবুশিনা থিরোদ্ধ তেই। কমিউনিষ্ট পার্টিশিংগী পৃথিবী অপুম্বগী ওইবা কনফরেন্স অমা ফমননবগী থৌরাং অদুগী বিরুদ্ধদা অকনবা প্রচার তৌই।

কমিউনিষ্ট পার্টিশিংনা পূম্না পুথোকখিবা সাধারন লাইন অদুদা লেপ্তুনা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট আইদোলোজিবু চেৎনা কন্দুনা থম্মী। মখোইগী থবক্তা মথুং থিংজিন্নবা হোংনবশিং অদুবু কম্না নিন্দা তৌই। মখোইগী লৈবাক্কী অবস্থাগা চানদবা থাক্কী থৌরম পরেং (লাইন অফ একসন) অদু মখোইদ নমতুনা চৎহনবা হোংনবকপা অদুনা মমৈথংদা মাওগী কাংবুগী লমজিং

নেতৃত্ব য়াবা তারকপা অদু মখোয়না নিন্দা তৌই। মাদুগী ফলনা মরুদদি রিএক্সনরি ওইবা মাওগী শাঁশিন্নবা বিপ্লবীগী নিতি অদু শন্দোরকপা থিংবা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিং অসিনা অচৌ।। পন অমা ওইরে।

মরম অসিদগী মাওগী কাংবু অসিনা মাক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিং অসিবু কৈরম্ব কন্নবা অমা ওইনা মীয়ামগী মমিশ্না ট্রংন্নবা মখোয়গী রাজনিতিগী অমসুং ফোরেইন পোলিসিগী শক্তি পুন্নক অদু হেনগৎহল্লি। মখোইগী রাথল অসি থুনবা মখল মখা অয়াম্বা উপায় পুন্নমক শিজন্নৈ। কমিউনিষ্ট মুভমেন্টপু য়েখাই খিনগাইনবা মখোইগী থবকশিং অদুগীদমক পেকিংগী দুত-শিং অসিনা য়ানদবা পার্টিশিং অমসুং কাংবুশিং মরু ওইনা ট্রোসকাইটশিংগা মরি থমনৈ। কেপিটেলিষ্ট লৈবাক কয়াদা কমি-উনিষ্টশিং হাংদি হায়বা অসিদগী ফোংনা কান্নবা লৌরি।

অদুগীম্ভু মথক্তা রিভোলুসনারি মুভমেন্টকী মনুংদা লেনিনগী নিতি বিরোদ্ধ তৌবা শক্তিশিং অদু পেকিংগী লমজিং মথাদা পূনশিন্নবা হোৎনৈ। মখোইগী ইথিল ইহুন অসিদা চংশ্রবা আলবানিয়া, বর্মা অমসুং নিউ জিলেন্দগী কমিউনিষ্ট পার্টিশং অদুগা পেকিংদা লৈবা চাইনিজগী মতুং ইনবা মালয়াসিয়া অমসুং থাইলেন্দগী "কমিউনিষ্টশিং" অসিনা মাওগী নিতি য়াবা কাংবু কয়া কেপিটালিষ্ট লৈবাক খরদা শারে। মখোই অদু পেকিংদগী ফন্দনা হিংলি। মখোই শং অদুনা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশগী বিরুদ্ধদা থেংনবদা মরান শিন্নুনা চৈবা, শাউহন্নবা ওাংবা, অরানবা কয়া শেমজন্দুনা পুথোকপা অমসুং ওইদব ওাংহুনা নমদুনা কন্নবা

লৌনবা হোৎনবা পুন্নমক অ'সি পাক চাউনা শিজিন্নৈ। হৌজিকমকসু মাও সে-তুং অসি পৃথিবী পুন্নমকনা য়ারি হায়না চাইনিজ প্রজা-শিংদা মীনমজুনা খাজহন্নবগীদমক কাংবু'শিং অসিবু শিজিন্নরি।

চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি'গী হৌজিক্কী লিদরশিং অসিনা পৃথিবীগী ওইবা দিমোক্রেটিক ওর্গেনাইজেসন'শিং অসি মচেৎ মচেৎ থুগাইনবা কন্না হোৎনরি। হিরম অসিদা মাওগী কাংবুনা বিরোদ্ধিশিংগা উন তানরগা চাইনিজগী তুংইনবা কেন্দ্র মচা মচা শেমগৎলি। ওর'র্লড ফেডরেসন অফ সাইন্টিফিক ওর্য়ার্কস, ইন্টর্ণেসনেল ওর্গেনাইজেসন অফ জর্ণে'লিষ্টস, এফ্রো এ'সিয়ান রাইটরস ওর্গেনাইজেসন অমসুং অতৈ ওর্গেনাইজেসনশিংগী বিরুদ্ধদা ওর্গেনাইজেসন কয়া হান্নন। শেমগৎঅরবনি।

চীনাগী শাসন পায়বা কাংবুশিংগী য়ৈথাই থিনগাইবগী থবকশিং অসিনা কমিউ-ষ্ট মুভমেণ্টতা অমসুং পৃথিবীগী ওইবা ডিমোক্রেটিক ওর্গেনাইজেসনশিং অসিগী নিংথিনা, মঙ্গোল ওইনা থবক চংশিল্লকদবা লম্বীদা অকাইবা, অপনবা পীরি।

মাওগী কাংবু অসিনা মথোইগী লেনিনিষ্ট প্রোগ্রাম'শং বিরোদ্ধ তৌবগী থবকশিং অদু পাংথোক্লনবগীদমক জাতিগী মনিং মথা তন্নবগী লড়াইশিং অসি শিজিন্ননবা হোৎনরি। এৗথোইগী মতম অসিগী মরু ওইবা বিপ্লবকী শক্তিশিং অসিগী থৌরমশিং অমসুং অমগা অমগা মরি লৈননবগী মরম পুন্নমক অসিদা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট থেসিস অসি অমুক হন্না শেমদোকপা অসিনা মাও সে-তুংগী "জেনেরেল লাইন" অসিগী মরুওইবা রাখল অমনি। পৃথিবী গী কমিউনিষ্ট মুভমেণ্ট অসিগী প্রোগ্রামশিংগী বিরুদ্ধদা

মাওগী থেসিস অমা পুথোরকনি। মাগী থেসিস অসিগী মতুং ইন্নদি ঐথোইগী মতম অসিদা এসিয়া, আফ্রিকা অমসুং লাটিন আমেরিকাগী লমশিংদা থোকলিবা থৌদোকশিংগী মরু ওইবা রাফমদি পৃথিবীগী শীনমী কাংলুপকী রাফম অমসুং সোসিয়েলিজমগী পৃথিবীগী ওইবা প্রশ্না অসিগী রাফম নত্তে, জাতিগী মনিং মথা তম্বগী লড়াই অসিনি হায়রনি। থেসিস অসিগা চান্নবা লাউথোকলিবদি মরু ওইনা য়েংথিনরিবসি "পৃথিবীগী সহর" (ওরাল্ড সিটি) গা "পৃথিবীগী লরাই" (ওরাল্ড ভিলেজ) গা অনিগী মরক্তনি। অমনা "ইনাকখুনবা জাতিশিং" মাহুদা য়াউরিবদি চাউখৎলবা সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অমুগা ইম্পরিয়েলিষ্ট লৈবাকশিং অসিগা পুনবা অসিগা "লাইরবা লৈবাকশিং" মসিদা য়াউরিবনা লৈবাক অমুদা করম্বা মথলগী শাসন লৈবগে হায়বা য়েংদনা হেক লৈরিবা চাউখৎলকলিবা লৈবাকশিং পুন্নমক অসি পুনবা অনি অসিগী মরক্তনি অসিনি।

হায়রিবা অসিদি তশেংনা সাইন্টিফিক ওইদবা অমুগা মার্ক্সিষ্ট বিরোদ্ধ ওইবা মওংনি। হৌজিকী সমাজ চাউখৎনগী সমস্যাদা কাংলুপকী রাখল অমুগী মহুত্তা জাতি, শাগে অমসুং কুচুগী ওইবা রাখলনা মহুৎ শিনজিনবনি। মাসিনা জাতিগী মনিং মথা তম্বগী লড়াইশিং অসিগা মহুগী মহোশাগী ওইবা মরুপ পৃথিবীগী শীনমী কাংলুপ অসিগা য়েংথিনহনবনি। শেপ্পাও পাইবগী লম্বী নত্তবা চাওখৎপগী লম্বীগী রাখল অমুবু কান্নদবা তাহন্নবনি অমুগা অশেংবদা জাতিগী মনিং তম্বগী লড়াইশিং অসিদা সোসিয়েলিষ্টকী রাখল অমু য়াউহন্দনবা হোৎনবনি।

"পৃথিবীগী সহর"গা "পৃথিবীগী লরাই" গা য়েংখিমহনবা অসিগী মতুং ইন্না থবক্তা চৎথবা তারবদি এসিয়া, আফ্রিকা অমস্তুং লাটিন আমেরিকাদা চৎথরিবা জাতিগী মনিং তম্ব। লড়াই অসি তোঙাম্না তারগনি। অদুগী হৌজিকী মতম অসিদা বিপ্লবী ওইবা ঈচেল অমতা ওইনা পুন্না চেম্ন্নরক্লিবা মরু ওইবা ঈরম অহুম অসি চাইথোক্তনা মাংগ্রগনি। এসিয়া, আফ্রিকা অমস্তুং লাটিন আমেরিকাগী জাতিশিং অসি মরম্নাই মরম্নাই ওইনা শক্তি চাউরবা ইম্পিরিয়েলিস্টশিংগা মায়োক য়াজনবা হুন্দোকপা তারগনি।

"পৃথিবীগী সহর" অমস্তুং "পৃথিবীগী লরাই" হায়বা রাকম অসি পুথৎলকপা অসিদা মাও অমস্তুং মাগী কাংবু অসি বিপ্লবী ওইবা থৌরমশিং চাওখৎহন্নবা রাখলদগী য়ামনা লাপনা লৈরে। অসিগুম্না মার্ক্সিস্ট বিরোদ্ধ ওইবা রাখল অসিদি পেকিংগী পৃথিবীগী লিদরসিপ লৌনিংবগী রাখল অদু পাংথোকনবনি, পৃথিবী অপুম্বগী প্রোলেটেরিয়েটশিংগা জাতিশিংগী মনিং তম্বগী লড়াইগা অনি অসিগী চেৎনা মরি লৈনবা অদু মাংহন্নবনি। জাতিশিংগী মনিংতম্বগী লড়াইশিং অসি মখোইগী লমজিং মখাদা থমননবনি অদুগা এসিয়া, আফ্রিকা অমস্তুং লাটিন আমেরিকাগী চাউথৎলকলিবা লৈবাকশিংবু চীনাগী ইখিন ইহুনগী মখুং চন্না থমনমবনি।

চাইনিজ সরকারগা কুইন্নিবা, জাতিগী ওইনা লৈরিবা লৈবাকশিং অসিগা হৌজিক লৈরিবা মরিশিং অসিগী মওং অসি (লেল থুম অমস্তুং মিলিটরীগী মতেংদা, প্রচার বিভাগতা, রাজনিতি অমস্তুং এগ্রিমেন্টশিংগী মরিদা, শাসন পায়রিবা পার্টিশিং

অমসুং পব্লিক ওর্গেনাইজেসনশিংগা মরি থম্নবদা ). রাসিয়া, অমসুং অতৈ সোসিয়েলিস্ট লৈবাকশিংগী মথক্তা য়েংথিবা অমসুং থাজদবা হেনগৎহন্নবা মওংনি। নোংচুপ ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী শীনমী কাংলুপকা য়েংথিনহন্নবা হোৎনবনি। পুম্নমক অসি লৈবাকশিং অসিদা পেকিংগী পোলিসিবু থন্নাই য়াউনা ইনবা মীওই-শিংতবু শক্তি পাইহন্নবনি। মখোইগী লৈবাক মনুংগী থবক্তা পেকিংনা খুৎ থিংজিনবা য়াদবা, পেকিংগী এজেণ্টশিংগী থবকপু অমসুং মখোইগী মচাকপু শন্দোরক্তনবা থিংবা অদুগুম্বা লৈবাকশিং অদুবু মাংনবা রাথলগা লোইননা আক্রমণ তৌই।

মাওগী কাংবুগী পোলিসি অসি ইম্পরিয়েলিষ্টশিং অমসুং রিয়েক্সনার'শংনা চাউখৎপা পাম্বা শক্তিশিংগী মায়োক্তা শিজিন্নৈ অদুগা রিয়েক্সনারি ওইবা রাজনিতিগী শাসন (অওনবা পামদবা রাজনিতিগী শাসন) লি থৎনবা হোৎনৈ। এসিয়া, আফ্রিকা অমসুং লেটিন আমেরিকাদা য়ামনা হেক্লিনবা কাংবুশিং অদুবু পেকিংন কোৎনা খোগৎলি। হায়রিবা লমশিং অসিদা লৈরিবা সরকারশিং অদু "চাউখৎপা পাম্বা" (প্রোগ্রেসিভ ওইব্রা) নত্রগা "অওনবা পামদব্রা" (রিয়েক্সনারি ওইব্রা) হায়বা অদু লেপনবগী অধিকার অমগী দায়ি অদু পেকিংনা "অচম্বা" অচুম অরাব লেপনবগী নিয়ম অমা শিজিন্ন মাতুদি মাও সে-তুং অমসুং মাগী "রাথল" (খোট) অদুদা মী অদুনা য়াবা য়াদবা মতুং ইন্না লোই।

নোংমা মনিংমথা তম্বা কংলকলিবা লৈবাকশিং অসিনা মায়োক্লরিবা সমাজ অমসুং রাজনিতিগী সমস্যাশিং অদুগী মরমদা

পেকিংগী নেতাশিংনা থেঁশাদে। অসিগুম্বা লৈবাকশিং অসিবু খুৎলাই পায়বগী হেনমন্না থুমাং চাউশিনবা থবক্তা ইনশিল্লি। মাম্না লৈবাকশিং অসিবু মতম অসিগী লোয় চমবগী প্রথাগী মায়োক্তা থেংনবা লড়াই অমস্তুং শেলথুমগী মনিংতম্বা ফংনবগী লড়াই অদুগী মরুওইবা থবক্তগী লাপনা পুথোকখি। অস্তুম্না ইম্পরিয়েলিজমগী মায়োক্তা থেংনবদা লৈবাকশিং অসিগী অবস্থা শোম্বহল্লি। চাইনিজ লিদরশিংনা শেল থুমগী মতেং পীবা দরকার ওই হায়না খনবা এসিয়া অমস্তুং আফ্রিকাগী লৈবাকশিং অদুদা পিপলস রিপব্লিক অফ চিনাগী (পিঃ আরঃ সিঃগী) পোলিসি খুদুং ইন্নরুবা রাখলগা লোয়ননা মতেং পী।

"থার্ড ওর্ল্ড" (অহুমশুবা পৃথিবী গী লৈবাকশিংগী মরমদা মাওগী কাংবুগী রাজনিতিগী লম্বী অদুগী শাথিনা লানবা অমস্তুং চৎনবা য়াদবা মওং অদু পৃথিবীগী "অশাবা মফমশিং" (ইরাং হোৎবা মফমশিং) দা অন্তর্জাতিকী ক্ষেত্রদা খ্বাইদগী শাথিনা থুদোং-থীবা থোরকপা মতমদা ময়েকশেংনা উবা ফংই। অস্তুমনা মিদল ইষ্টতা লান থোরকপা মতমদা চীনাগী কমিউনিষ্ট পার্টি লিদরশিংনা আরব জাতিশিং অমস্তুং সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরক্তা য়ানদবা অমা পুরকনবা কন্না হোৎনখি। "জয় ওইদ্রিবা ফাওবা লাম্লেং-নগদবনি" হায়নদি লাউরি অদুগা আরবকী চাউথৎপা পাম্বা লৈবাকশিংগী মরাইবক অদুদা করি থোক্লগদগে হায়বা অদুদি থোশাদে। আরব জাতিশিংগী সমাজগী অমস্তুং রাজনিতিগী অতোংবশিং অদু ওাক্নুনা থমনমবগী মরমদদি করি অমতা থন্দে।

জাতিগী মনিংতম্বা লড়াইগ মরমদা মাওগী রাখল অমস্তুং

মহাক্কী পোলিসি অসিয়া সম্রাজ্যবাদি অমসুং অনৌরা মওংগী লোইচন প্রথা ( নিও-কোলোনিয়েলিজম ) মায়োক্পিবা লড়াইশিংগী ফিভমদদি য়ামনা শোম্থহল্লি।

অন্তর্জাতিক্কী ক্ষেত্রদা মাও সে-তুংগী লম্বী অসিগী অরানবা অসি চহি খর অসিদা থোকখিবা থৌদোকশিংদা য়াম্না শেংনা উরে।

মাওগী কাংবুশিং অসিনা থৌদোক অয়াম্বদা জাতিগী মনিং তম্নবগী লড়াইশিং অমসুং শীনমী কাংলুপকী লড়াইশিং অসি মখোইগী লমজিং মখাদা থম্নবা হোৎনবা অদু থাদোকলগা মখোই অদুগী মায়োক্তা ফাওবা ফোংনা লড়াই তৌই। মসিমক পেকিংনা পৃথিবীগী লিদরসিপ লৌনিংবগী থৌরাং অদু ফেল ওইরকপগী খুদমনি।

মাওগী কাংবুনা সোসিয়েলিষ্ট কাংবুশিং অসি মপুকনিং হলহন্নবা হোৎনবা অদু ওমখিরে। চাইনিজ নেতাশিংনা মখোইগী অরানবা প্রিন্সিপলশিং অদু সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক খুদিংনা চৎহল্লকবা হোৎনবা অদু আলবানিয়াদা নত্তনা অতৈদদি ওমখিরে।

কমিউনিষ্ট মুভমেণ্ট থুগাইনবা মাওগী কাংবুনা হোৎনবা থৌরাং পুন্নমক অদুসু কান্নরে। মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টি অরাম্বনা মাওগী কাংবুগী লান পাম্বা শক্তি অমা ওইবা অমসুং সোভিয়েট বিরোদ্ধ ওইবা লম্বী অসিবু শাথিন নিন্দা তৌরে। মখোইনা শাউগৎহন্নবা হোৎনরকপা পুন্নমক অদু য়াবিদ্রে। শোক ১৯৬৮গী লোইরমদাইদা কমিউনিষ্ট অমসুং ওরার্কর্স পার্টিশিংগী কনফরেন্স

অমা ফমনবা লেপনখিবা অসিনা অচৌবা চৈফু অমা ওইরে। কনফরেন্স অসিনা কমিউনিষ্ট পার্টিশিংনা মখোইগী মীশিং হেন্না পূনশিল্লকনবা, ময়ামনা পূন্ন। পুথোরকপা মপুং ফারবা সধারণ ওইরবা লম্বী অদুগী মথক্তা অদুগা পৃথিবীদা থোকলিবা চয়েৎনরবা থবক ময়াম অসিদগী পুথোরকপা ফল অদুগী মথক্তা ময়ামগী অমতা ওইবা অপূনবা থবক অমা পাক-চাউনা লৌখৎনবা হোৎনরি। পেকিংনা শোগত্তুনা শেমখিবা কাংবু অমম্বুং "পার্টি"মচা মচাশিং অসিনা শীনমী মীরাম অসিবু লৌশিনবা শুকঙম ঙমত্রে হায়বা শেংলে। মখোই মশেল মনুংদা কাংবু কাংবু খেন্নাইনবা হেনজিল্লক্নি। কয়ামরুম অমদি রাজনিতি ক্ষেত্রদগী পুন্মাং মাংখিবস্থ য়াউরে।

মাওগী কাংবুনা অন্তর্জাতিক্কী ক্ষেত্রদা মখোইনা শান্নরিবা রাজনিতিগী কুম্মৈ অসিদা জাতিগী মনিং তম্নবগী লড়াইশিং অসিনা জয় পত্র ফংলবা হায়বস্থ ওইহনগনি খল্লম্বা অদু ফেল ওইরে। অতৈ রাজনীতিদা মনিংতম্বা ফংলবা লৈবাকশিংগী মনুংগী থবক্তা মখুৎ থিংজিনবা, চাইনিজগী পোলিসি ইল্ল হায়বা য়াদবা চাউখৎপা পাম্বা লৈবাকশিংগী মায়োক্তা অথিংবা লৈতনা প্রোপেগন্দা তৌবা, মফম খুদিংমক্তা "কলচরেল রিভোলুসন"গী রাখল অমম্বুং থোদৌ নমত্তুনা ইলহন্নবা হোৎনবা, মাও সে-তুংবু "জাতি পূম্নমক্কী লিদরনি" হায়না পুজা তৌহন্নিংবা পুম্নমক অসিনা অশেংবা থবক্তদি ওন্নতৈনবা ফল থোরকলে। চাউখৎলকলিবা লৈবাক অয়াম্বনা পেকিংগী মরমদা অমুক হন্না খন্থবা হৌরক্লে।

শোক ১৯৬৬-৬৭ তা ইন্দিয়া, ইন্দোনেসিয়া, বর্মা, নেপাল

অমসুং কম্বোদিয়াদা মাওগী কাংবুগী য়েথাই থিনগাইবগী থবকশিং অসিগী মায়োক্তা ইথক ইপোম শীনবা থুংনা হৌগ্রে। লৈবাকশিং অসিদা লাকতুনা লৈরবা পৈশা পুথোকতুনা শেন্দোং তানবশিং অমসুং কারবার তৌবশিংনা লম লম অতুগী প্রজাশিংবু ওৎ-লৈতুনা লোরগা য়ামনা খুদোংচাবা ফংবা অথোইবা ফিভম অমদা ল্লানা লৈবা মথোইশিং অতুগী মায়োক্তা অকনবা ইরাং হৌরে। লৈবাকশিং অসিদা থুন্দাতুনা লৈরবা শেঙ্গাও পায়বা চাইনিজশিং অতু শিজিন্নরগা লৈবাকশিং অসিদগী চিংথোরকপা শেঙ্গাও অতুনা মথোইগী অচৌবা লান পাম্বা জাতি অমা ওইবগী পোলিসি অতুগী দরকার অতুদা শিজিন্ননবা হোৎনরি। চীনাগা এসিয়া অমসু আফ্রিকাগী লৈবাক কয়ামক্রগা লৈনরম্বা মরি অতু হৌজিক্তি হন্থরক্লে।

এসিয়া আফ্রিকা অমসুং লেটিন আমেরিকাগী লৈবাকশিংগী কমিউনিষ্ট পার্টিশিং অমসুং বিপ্লবি ওইবা গণতান্ত্রিক শক্তিশিংনা লৈবাকশিং অসিদা চাইনিজ পোলিসিগী মাওন অসি কুপনা য়েংলি। মাওগী কাংবুগী আইদোলোজিকেল থেসিস অমসুং রাজ-নিতিগী লম্বী মতুং ইনবা ইন্দোনেসিয়া, মালয়া অমসুং থাইলেন্দগী বিপ্লবি ওইবা জাতিগী মনিং তম্নবগী লড়াই থেংনরিবশিং থরনা মাইথীথিবা অতুদগী অচৌবা, মরু ওইবা পারা কয়া তমহৌরে।

বিপ্লবকী শক্তিশিংগী বিরুদ্ধদা মাওগী কাংবুনা তাথি তাওইনা পায়খৎলক্লিবা থবকশিং অসিগী খুদোংথীবা অসি ইচম চমনা লৌবা লানগনি। মথোইগী থবক অসি পৃথিবীদা খাইদগী চাউবা লৈবাক অমগী শেল থুমনা শৌগৎপনি অমসুং শাসন

পায়রিবা কাংবু অদুনা শেন-থুম, মিলিটরী অমসুং মীশিং য়ামলবা লৈবাক অমগী মীগী শক্তিনা শোগংলিবনি হায়বসিদগী খুদোংথীবা অদু কয়ামুক চাউবগে হায়বদু লেপকদবনি।

পেকিং কাংবুগী লুচিংবশিংগী পোলিসি অমসুং থবক্তা চৎথরকলিবশিং অসিনা য়ামনা শেংনা উৎলে মাদুদি চাইনিজ লিদরশিং অসিনা মখোইগী পাপ চেনলবা ভাবনা লাম্বা আশাশিং অদু থুংননবগীদমক মখোই মশাগী প্রজাশিংগী স্বার্থ, পৃথিবীগী সোসিয়েলিজমগী স্বার্থ অমসুং শান্তিগীদমক, জাতিগী মনিং তম্নবগীদমক অদুগা সমাজ চাউখৎনবগীদমক নোমলিবশিং অদুগী স্বার্থ পুম্নমক অসি থাদোকপা পামলমই।

মাওগী কাংবুগী ফোরেইন পোলিসিগী আইদোলোজি অদু অসুম অসুম মশক তাকথোকলকপা অসিদগী মখোইনা হোৎনরিবশিং অদুদা কুপনা য়েংশিনবা অদুগা বিপ্লবকী অমসুং শান্তিগী থৌরমশিংগী অদুগী মায়োক্তা মাংননবা ঙাংলকপশিং অদুদা পুন্না পাউথুম পীবা অসিনা হৌজিককী মতমদা পৃথিবীগী বিপ্লবী থৌরমশিং হেন্না চাউখৎনবগী মরু ওইবা মরম ওইরে। মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংগী অন্তর্জাতিকী ওইবা মথো ওইরে।

চীনাদা থোক্লিবা থোদোকশিং অসিদগী কমিউনিষ্টকী বিপ্লবী ওইবা আন্দোলনশিং অদুগা চাউখৎলবা লৈবাকশিংদা থেংনরিবশিং অদুগী য়াম্না মরু ওইনা কান্নরবা পল্লেপকম খর পুথোকপা ওন্নী।

সোসিয়েলিজমগী রাথল অসিনা পৃথিবী অপুম্বদা মাই পাক্লা শন্দোরক্লবা মতম আসদা মিলিয়ন য়ামলবা প্রোলেটরিয়েট নত্তবা

মীশিংস্থ বিপ্লবকী থৌরম অসিদা চংশিল্লকল্লি। মশানা তানা য়াম্না কান্নবা ওইরবস্থ মওং অসিনা বিপ্লবকী গ্লোংচৎ খাস চয়েৎনবা হেন্নহল্লকই। মরমদি প্রোলেটরিয়ান থাক্কী মী নত্তবশিং অসিনা অচুম্না সমাজ অমগী অমস্থং মতু ফংননবগী উপায়শিং অতুমী রাখলগা লোইননা চংশিল্লকই। বুর্জোয়া মচা মচা শং অসিগী মশিং অসি য়াম্ন য়াম্মী অচুনা মখোইগী রাখল শং অচুনা কয়গুম্বা ফিভম থরদা প্রোলেটরিয়ান আইদোলোজিব চুমকুমা পুবা অমস্থং মতুগা য়ানদবা মচাকশিং পুশিল্লকপা ওম্মী। মাতুনা সোসিয়েলিজমগী বিজ্ঞানিক ওইবা ফিদমশিং অতু মাংহনবা ওম্মী। বুর্জোয়া মচা মচাশিং অসিগী মাওগী রাখলগা য়ামনা নকনবা আইদোলোজি অসিনা কমিউনিস্ট পার্টিশিংগী মনুংদস্থ চংশিল্লকই।

অশেংবা প্রোলেটরিয়ান আইদোলোজি অমগীদমক থোংফম চেৎনা কম্না থেংনপ্রবদি বুর্জোয়া মচা মচাশিং অসিদগী পোক্লকপা রাখলশিং অসিনা করম্বা ওস্তোকপা অরানবা মওংদা উৎলকপগে হায়ব অদু চীনাদা থোকখিবশিং অসিদগী উবে। সোসিয়েলিজমগী আশা অমস্থং মতু ফংননবগী উপায়গী মরমদা মাওগী রাখল অসিদি সাইন্টিফিক ওইদবা অদুগা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগা য়ানদবা অমনি। মাও সে-তুংনা ইখিবা অমস্থং ওাংথিবশিংদা সমস্যা অসিগী মরমদা অমতা শেংনা য়াওদে অদুম ওইনমক মাও সে-তুংগী থবক্কী ওইবা শ্লোগানশিং অমস্থং পোলিসিশিং অসিনা মাগী সমাজগী ওইবা "ফিদমফম" অচৌদ মতিক চানা মরাং কাইনা উৎলি।

মাওগী পাউতাক অতুগী মতুং ইন্না শাগৎপা সমাজগী প্রথা অতুদি মথাগী অস্থম্না উগনি। শেল থুমগী (ইকোনোমিকসকী)

ক্ষেত্রদা :— লানমীগী ( আর্মিগী ) মওংদা শাগৎপা লেবরনি। '( লেবর বেটালিয়ন্স, রেজিমেণ্টস অসিনচিংবা )। মাতুমা অশেং-বদদি অরৈবা মীনাইগী থবক মত্তো ( স্লেভ লেবর ); য়ামনা মরু ওইনা দরকার ওইবা অদুতমক চাননবা, শিজিন্ননবা ওইনা পীবা ; অচৌবা শক্তি অমগী ফোরেইন পোলিসি অদুগী স্বার্থদা লৈবাক অসিগী মিলিটরী শাগৎপদা শেল-থুম উপায় পূমনমক পুন্নপা শিজিন্নবা। সমাজগী ওইনা লৈনরিবা মরিশিংগী মরমদা :— এডমিনিষ্ট্রেটিভকী থবক্তা তৌদবা য়াদবা ওইনা কাংলুপময়াম তেমথোকপা ( শাসনগী থবক্তা লৈরিবশিংগী মরক্তা বুর্জ্জোয়া য়াউবশিং লৌথোকখিবা ) অমসুং মীওইবগী গুণশিং সরকারগী থবক চলাইনবা গেচিমগী মচাক ওইহনবা। আইদোলোজিগী মরমদা :— জাতিগী অমসুং পৃথিবীগী কলচরগী সম্পাতি অমসু' গুণ পূম্নমক অসি য়াদবা, লৌদবা, "মাওগীরাখল" (মাও'জ থোট) অসিনা জাতি হিংননবগী অমতা ওাইরবা রাখল মচাক ওইনা রাংনা পুখৎপা, মশানা থাদোকচবা অমসুং মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা দরকারশিং অমসুং র খলগী ইথকশিং পূমনমক হুন্দোকপা। রাজ-নিতিগী ক্ষেত্রদাঃ— গণতান্ত্রিক ওইবা মীয়ামগী ওর্গেনাইজেসন-শিং পূম্নমক পূম্মুৎ মুথৎপা, মশাগী শক্তিগী মথক্তা দিক্টেটর শাসন পুশিল্লকপা অদুগা আইন অমসুং কনষ্টিটিউসনগী ওইবা অধিকার পূম্নমক করিগুম্বা অমতা থৌশাদবা অসিনি।

অসিগুম্বা রাখলশিং অসি থবক্তা পাল্লগা করম তৌবগে হায়বা অদুদি মাওগী কাংবুনা হৌজিক চৎথরিবশিং অসিদগী খংবা ঙমলে। মসিগী মরমদা থোইদোক হেন্দোকপা মওং হায়ববু

শেল-থুমগী শিল-লাংবগী মরমদা "শীনমী অমনা লৌমিস্থ ওইবা সিপাহিস্থ ওইবা" প্রিন্সিপল অসিগী মতুং ইন্না দেশ অসিদা চলাইবা অসিনি। নিয়ম অসি "কমিউনিজম য়োনবা সনাগী থোং" হায়না প্রচার তৌই। মসিনা "খেৎনবা অছুম" (সহরগা লন্নাইগা; শীনমীগা লৌমিগা. য়াথলনা শুবগা পাঙ্গলনা শুবগা) অ'স কোক্লনবা উপায়নি চায়রি। নিয়ম অসিনা পুরকনি নিংলিবদি ইন্দষ্ট্রীয়েল কলেক্তিভশিংনা মখোয় মশাগী দরকার ওইবা লৌউ-শিংউবগী থোকপা পোৎথোক অদু মশানা পুথোকচবা, সরকারনা শীনমীশিংগী চিঙ্গাক অমস্থং মখোইগী ময়ুম মকৈ শাবগী দায়িত্ব অদুদগী পুমকোক কোকপা অসিনি। মসিনা পোৎথোক চাথোক পুথোক্লবগী থবক্তা ষ্টেটনা শেল খাইদগী পিকনা, য়ামদনা থাদবা, মিলিটরীগী শক্তি হেনগৎনবদা উপায় পুম্নমক পুনশিনবা অসি তাবকই। পোৎথোক হেনগৎহন্নবা থবক্তা অশুমন খাইদগী নেমনা, য়ামদনা পীরগা অকনবা থবক শুহনবা অসিনি।

চীনাগী সহরগী মতাইগী লমশিংদা নিয়ম অসিগা মান্নবা অমা চৎথরি। নিয়ম অ'সা মখাদা চাইনিজ লৌমিশিংনা ফার্মগী পোৎথোক পুথোকপদ নত্তনা সরকারগী মতেং অমতা য়াউদনা মখোইগী দরকার ওইবশিং অদুমক পুথোক্লদবনি।

সহর অমস্থং লন্নাই অনি অ'সনা অর্থনিতিগী লম্বীদা অমগা অমগা তেংবাংনত্তনা শীনমী অমস্থং লৌমি অনিগী মরুপ ওইবগী থুংশন্নবা মরুওইবা মচাক অদুগী মহুত্তা অতোপ্পা নিয়ম অম হৌদোকলি। নিয়ম অসিগী মখাদা লৌমিশিং অসি ইন্দষ্ট্রিজদা খাইদগী যোৎপা, অহোংবা লেবর ওইনা শিজিন্নৈ। নৌব্রিবা

লৌমিশিংবু চহি ৩ দগী ৭ ফাওবা অঙ্গমন থক্কিফুং পীরগা থবক শুহল্লি। থবক্তাদ মশা অন্থ চোকথবা ফাওবা শুহল্লি। চাইনিজগী থবরশিং ফাওবনা অসিগুম্বা লৌমিশিং অসি অম্ম্ম অস্থুম "নহা ওইরিবা, মশা ফরিবা অকনবা লৌমিশিংনা" শিক্ষিল্লকপা পাম্মী হায়না শেংনা হায়রে। মসিগী থবক অসিবু লেবম্ম য়ামনা চবা ইন্দস্ট্রিগী মশাশিদা "অনৌবা ঈনা চা নাইনা চেনশিল্লকপা" হায়না কৌরি। মাসিগা মরু ওইবদি লেদবা শীনমী কাংলুপ হায়বা অমা শেম্বা থিংনবনি।

শ্রীথোয়মা মাসিদা উরিবদি য়ামনা মশক থীবা মওগী "বেরেকস কম্মিউনিজমনি"। মসিদি সেসিয়েলিজম অমসুং কমিউ-নিজমগী মরমদা মার্ক্সিস্ট-লেনিনিস্টকী ফিদমশিং অচুদা ফাগি ফারাং তৌবনি। হায়রিবা ফিদমশিং অসিনা হিংননবা পোৎচংদা অমসুং কলচবদা প্রজাশিংনা দরকার ওই ববশিং অদু যারিবমখৈ মপুং ফানা পীগদৌরিবা সমাজগী পোংথোক্কী শাক্তশিং অহু শক্তি লৈনা চাউখৎহন্নবগী মরু ওইরিবনি। ফিদমশিং অসিনা অতৈ অথম লৈতবা গণতন্ত্র পুরক্লবা, শীনমী মীয়ামগী থবক ভম্বগী শক্তি হেনগৎনবা অঙুগা লম্বাই পীওই থুদিংগী হিরম থুদি দা চাউখৎহন্নবগী অবস্থা পুম্নমক শেম্বগা মরু ওইরিবনি।

সাইন্টিফিক সোসিয়েলিজমগী মরু ওইবা প্রিন্সিপলশিং অসিবু মাওগী কাংবুনা "রিভিজনিজম", "ইকোনোমিজম" অমসুং "বুর্জোয়া লিবরেলিজম" হায়না কৌশিল্লি। শীনমী কাংলুপকী য়ুথাল ফগৎহন্নবা হোৎনরিবশিং অহুবু মাওগী নিতি ইনবশিনা

"কাউণ্টর রিভোলুসনারি" নি হায়না লাউথোকলি। মখোইবু কেপিটালিজম হঞ্জিলহল্লবা হোৎনবানি হায়না মরাল শীরি।

মাও সে-তুংনা সোসিয়েলিজমগী ফিদমশিং অমসুং মাদু ফংনবা উপায়শিং অনি অসিমক চপ মান্নবা লান্না পীরি। বিপ্লবি ওইবা লড়াইগী তোঙান তোঙানবা মওং অমসুং থোরমশিং অদুগী মরমদা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট রাখল অদুগী ওন্ন তৈনবদা তশেংনা ফল লৈবা উপায়দি খুৎলাই পায়দুনা থেংনবা লড়াইনি হায়বা থেসিস অমা মাও সে-তুংনা পীরি। ("রাজনীতিগী শক্তিদি মোংমৈ উতোংদগী হৌরকই")। সোসিয়েলিষ্ট শাগৎপা হায়বা অসি কমিউনিষ্টশিংগী পাটিনা লুচিংবা মীয়ামনা ভাব তানা শেমগৎ-শাগৎনবগী হোৎনবা অদুতনা ওইগদবনি হায়বা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্টকী রাখল অদুগী ওন্ন তৈনবদা মাওনা মিলিটরিগী অমসুং শাসনগী থবক মতৌ অমা তশ্বীরি। রাহৈদনা "অচৌবা গণতন্ত্র অমা" অদুগা থবক্তনা আইন য়াউদবা মরম্নাই মনিংতম্বা অমসুং কিহনবা; রাহৈদনা "মীয়ামগী লম্বী" অদুগা থবক্তনা মরম্নাই মনিংতম্বা শাসন অমসুং পিক্লবা শাসন পায়বা কাংবু অমগী হিংচা য়াইতম্বা অশুপ্পা শক্তি।

পেকিংনা জাতিগী মনিং তম্নবগী লড়াইশিংদা নমদুনা পানগে হোৎনরিবা পৃথিবীগী বিপ্লবকী খোংচৎ হেনগৎলক্লবগী মরমদা মাওগী মতুং ইনবশিংগী রাখলশিং অদু হিংসাবু পুজা তৌবা অদুগা লোইননা অহোবদা লিংথোকতুনা চৎপ্রে। মখোইগী রাখলশিং অদুদি বিপ্লবপু অতোপ্পা লৈবাক্তা চলান তৌবা (থাদোকপা), লম অদুগী অশেংবা অবস্থা থওইদবা, পৃথিবীগী

লাপ্পাওমা মীওইব অপুম্বগী তংখাই অমা মাংহনগ্রবম্নু চাউখৎপা ফংনবগী উপাইনি হায়না লোবা অসিনি।

মাওগী পোলিসি অসিনা দেশকী মনুংদা অমসুং অন্তর্জাতিকী ক্ষেত্রদা ফেল ওইবা অসিনা মহাক্কী পোলিসি অসি সোসিয়েলিজমগীদমক বিপ্লবি ওইবা লড়াইশিং অদুগী আইদোলোজিগী য়ুম্ফম ওইনা শিজিন্নবদা কার অমত্তা কান্নব্রে হায়বদু তশেংনা ফোংদোক্লে।

হৌজিক্কী মতমগী ফিভম অসিদা জাতিয়বাদি অসিনা কমিউনিষ্ট অমসুং বিপ্লবী ওইবা আন্দোলন অপুম্বগী শাদিনা খুদোংথীবা অমা ওইরে। কেপিটালিজম লান্থোকতুনা সোসিয়েলিজমলোমদা চংশিল্লকলিবা অদুগা বিপ্লবী ওইবা মীওইশিংগা মরক্তা য়োৎকুমনা মথো শংলবা মীওই রাৎলিবা লৈবাকশিং অদুদ'দ জাতিয়বাদিগী খুদোংথীবা অসি য়াম্না মরু ওইনা চাওই। লেনিন্না য়ামনা মরু ওইনা হায়রম্বী মাদু'দি শেন-থুমগী অবস্থাদা য়াগনা ফুং শোৎথরিবা অদুগা অহানবদা অওৎ-অনৈ কংদুনা লৈরম্বা অদুগুম্বা লৈবাক অমগী কমিউনিষ্ট পার্টিনা তোগদবা থবক্তি লৈবাক অদুদা শীনমী কাংবু অমা শেমগৎলকপা অমসুং নিংথিনা চাউখৎহল্লকপা অদুতা নত্তনা লৈবাক অদুগী শীনমী কাংলুপ অমসুং শুন্নি-নোমজিবা মীয়ামশিং অদুগা পৃথিবীগী শীনমী কাংলুপকা নক্নবা মন্নি থমগদবনি। মাদুনা "অতোপ্পা লৈবাকশিংগী প্রোলেটেরিয়ানশিংগা চৎথন্নিবা মান্নবা লড়াইশিং অদুদা য়াউননবনি"। প্রোলেটেরিয়ানশিংগী অন্তর্জাতিকী ওইবা শাজং অদুগী নিয়মশিং অদু চেকশিন্না তাক্তুনা চৎলবা অদুগা পৃথিবীগী শীনমী কাং-

লুপকী আন্দোলনগা লৈনবা মরুবা মরি অদু কনখৎহল্লবা অদু ওইরবদি লৈবাক অদুগী মশাগী প্রোলেটরিয়েটশিংনা মশিং য়ামদবদগী অশোনবা লৈবা অদু শিংগৎপা য়াই।

পৃথিবীগী ওইবা সোসিয়েলিস্ট সিষ্টেম অমা লৈরকলবা হৌজিক্কী অবস্থা অসদদি পৃথিবীগী শীনমী কাংলুপকা মরি-লৈনবা হায়বসি সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেটশিংগা শেল-থুমদা, রাজনিতিদা অমসুং আইদোলোজিদা তেংবাংনরবা, থুৎশম্নরবা অদুতদা কংবা গুন্মা।

মরি লৈনবগী মাংজোননা দরকার ওইবা মচাকশিং অদু মওং তানা লৈত্রিবা অদুগুম্ব লৈবাকশিং অদুদা সোসিয়েলিজম মপুং ফানা শাগৎকে হায়রবদি সোসিয়েলিজমগী পৃথিবীগী ওইবা প্রথা অদুগী সমর্থন ফংলবা অমসুং মদুগী জ্ঞান অদু শিজিন্নরবা অদুগা পৃথিবীগী কমিউনিষ্ট অমসুং শীনমী কাংলুপকী আন্দোলন অদুগী আইদোলোজিগী মণ্ডাল অদু লৌরবা অদুতদা ওইথোরকই।

শোক ১৯৬০ দা কমিউনিষ্ট পার্টি শংনা মাংজোননা মখোইগী ষ্টেটমেণ্ট অদুদা হায়খ্রে; "জাতিতগী ওইব রাখল অমসুং জাতিগী ওইনা পুকচেল পীকনা খনবা অসি সোসিয়েলিষ্ট প্রথা অসি লিংখৎলগা মরম্নাই হেক্তা মাংজথিদে; সোসিয়েলিষ্ট লৈবাক-শিংগী মরক্তা মরুপ মপাং ওইবগী মরি অমসুং মরুপ মপাং ওইবা অসি কনখৎহনগে হায়রবদি কমিউনিষ্ট অমসুং ওর্কার্স পার্টিশিংনা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্টগী অন্তর্জাতিকী ওইবা পোলিসি অসি ইন্দুনা চৎপা দরকার ওই, শীনমী ময়াম্মু অন্তর্জাতিকী ওইবা রাখল অমসুং মরৈবাক শুংশিবগী রাখল অদু তম্বীবা তাই অদুগা বুর্জোয়াশিংগী জাতিতগী ওইব রাখল অমসুং মথক থোংবা

লান পান্থা জাতি ওইবগী রাথল অদুগী লৈহৌবা মথাকশিং অদু মুৎথৎনবা অহনবা লৈতেনা কল্লা হোৎনবা তাই”

চীনাদা চৎথরিবা অসিনা উৎলিবদি প্রোলেটরিয়েটশিংগী অন্তর্জাতিকী ওইবা নিয়মশিং অদুদগী তোঙান্না তাবা, সোসিয়েলিষ্ট কাংবুশিংগা পৃথিবীগী শীনমী কাংলুপকী আন্দোলনগা হিরম খুদিংদা তেংবাংনবা অদু থাদোকপা অসিনি। মসিনা লৈবাক অমগী জাতিগী স্বার্থদা অকিবা ফংনা মাংহল্লি অদুগা মন্থুনা শোইদনা মীয়ামগী প্রথা অসি মওং কাইহল্লি।

চীনাদা থোকলিবা থৌদোকশিং অসিনা য়ামনা শেংনা তাকলে মাদুদি সোসিলিষ্টকী লম্বীদা চংশিনবা হায়বা অসিদি মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী নিয়মশিং অমসুং সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী থিওরি অদু কিশাং শিংনা থবক্তা পল্লংতদা ওইথোক্লনি।

হৌজিক্কী মতমগী সমাজ অসিগী য়ামনা মরু ওইরবা জাতিগী অমসুং সমাজগী সমস্যাশিং অসি পাংথোকনবা আইদোলোজিগী য়ুম্ফম অমা মাওগী নিতিনা নত্রগা অদুগা মান্নবা অতৈ “থিওরি” অমতনা শেম্বা ঙমলোই। সাইন্টিফিক ওইদবা অদুগা সমাজ চাউথৎনবগী চপচাবা আইনশিং (লোজ) অদুগা চানদবা অসিগুম্বা “থিওরিশিং” অসিনা সাইন্টিফিক কমিউনিজমগী রাথলশিং অদুবু শেরাম্নমা মাংহল্লি। মাওগী রাথলশিং অসিদা দেশকী মন্থুংদা অমসুং অন্তর্জাতিকী ওইবদা ফেল ওইবা অসিনা অমুক হন্না শেংনা উৎলে মাদুদি মরল্লাই মতোমতনা পন্থুংফম য়োগনি হায়বা অসি ওইথোক্কে; সোসিয়েলিষ্ট শাগৎপগী ইতিহাসিক ওইনা দরকার ওইরবা থবকশিং অসি কান্দুনা

চৎপ ওইখোক্তে, টেক্নোলোজিগী (খুৎকী থবকশিংগী) মহুৎ শ্লোগান্না (চিন্না পাউবনা) শিনব য়ারোই অদুগা ভাবনা হেঙ্গিন্না শা'জনবনা মচ্যক পুথোকপগী ক্ষমতা। সমাজগী মরিশিং অসিগী সমস্যাশিং পা খোকপদ শ'ক্ত করি অমতা লৈরোই।

মাও সে তুংনা মাগী মার্ক্সিষ্ট বিরোধ ওইবা, সাইন্টিফিক ওইদবা রাখলশিং অদু চলাইনবা কয়া হোৎনবা য়াই অদুবু হোনরিবা পুম্নমক অদু মমৈথংদদি শোকদনা ফেল ওইগনি। চীনাদা চাওখৎলকালবা হোজিকা মতমগী পোৎথোকী শক্তিশিং অসিগী অশেংবা দরকারশিং অমসুং সাইন্টিফিক ওইবা অমসুং খুৎনা শুবগী বিপ্লবকী দরকারশিং অসিনা মহাকী রাখলশিং অ'সবু মহৈ য়ালহন্দনা মাংহনখিগনি। দেশ অসিগী শানমী মীয়ামনা মখোইগী পুন'সগী পোৎচংশিং অমসুং কলচরগী থাক হেনগৎহন্নবা মশানা তানা থনজবা অদুনা মাগী রাখলশিং অসিবু মহৈ য়ালহন্দনা মাংহনখিগনি।

সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংগী মরুপ মপাং পাটিশিংনা অতৎপা লৈতনা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী নিয়মশিং পান্দুনা থবক্তা চৎথরি, পোথোকী শক্তিশিং হিরম খুদিংদা চাউখৎনবা হোৎনরি, পুনসিগী পোৎচং মরাং কাইনা ফংদুনা প্রজাশিংগী নুংঙাই-য়াইফবা হেনগৎহন্নবা হোৎনরি অমসুং সোসিয়েলিষ্ট দিমোক্রেসি চাউখৎননবা লাক্লরি। অদুনা মরম ওইদুনা সোসিয়েলিজমগী য়োৎচাবীগুম্বা শক্তি অদু হেনগৎহল্লি। কমিউনিষ্ট মেনিফেষ্টোদা য়াউরিবা কমিউনিজম হায়বসি লন্নাই মীওই খুদিংগী হিরম খুদিংদা অপনবা লৈতনা চাউখৎপনা পূম্নমক চাউখৎনবগী মচাক ওইবা সমাজ অমনি হায়ন্না অসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা মখোইনা হোৎনরি।

পৃথিবীগী সোসিয়েলিজমনা চহি কয়া চংনা পবিক্ষা তৌরবা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী পাউতাকশিং অদুগা চীনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী চশুবা কংগ্রেসনা য়াঅরবা বিপ্লবকী হেক মতুংগী চহি খরদা চাইনিজ পিপলস রিপব্লিক মশামক চাউখৎলকপা অদুগী লম্বী অদুদা অমুক হন্থিল্লকলবতদা চীনানা সোসিয়েলিষ্ট সমাজ অমা শাগৎপগী আশাশিং অদু চাইনিজ প্রজাশিংদা তশেং-তশেংনা উহনবা ঙমগনি।

সোসিয়েলিষ্টকী লম্বীদা নিংথিনা মপুং ফানা চাউখৎলক্কবগী মরু ওইবা মরম অমদি পার্টি মমুংদা অমসুং সরকারগী থবক্তা লেনিনগী প্রিন্সিপলবু কুপনা চেকশিন্না ঙাক্না চৎপনি হায়বা অসি চীনাদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিনা ঐখোয়দা অমুক হন্না নিংশিংহল্লি।

"কলচরেল রিভোলুসন" পুখৎলকপা অদুগা পার্টি ওর্গেনাইজেসন অমসুং প্রজাগী শক্তি লৈবা কমিটিশিং থুগাইবা ঙমহল্লকলিবা অসিগী মরমদি চীনাদা মাও সে-তুংগী মশগা ওইবা গুণশিং পুজা তৌবা অসি চহি কয়া চংনা শেমগৎলকপা, পুন্না লমজিংবগী নিয়মশিং অদু বৈহৎপা, সোসিয়েলিষ্ট দিমোক্রেসি চাউখৎহন্নবা থবক অমসুং আইনগী শক্তি বননখৎহন্নবা থবক অদুগা লোইননা লৈবাক্তা শান্তি লৈনবা (লো এন্দ ওর্ডর) থবক পুমনমক অসি থোশাদবদগীনি। মাওনা পার্টিগী অমসুং পুন্না লমজিংনমগী বোডিশিং অদুগী থৌবিশিং অদু থদৎলবা মতুংদা পুন্নমক অসিগী মথক্তা মহাক মশামক থংলে মাদুনা সমস্যা পুন্নমক মরন্নাই মথন্তনা মনিং তম্না লেপথোকপা ঙমহল্লে অদুগা লৈবাক অসিদা মহাকী রাজনিতিগী লাইন অদু নমথুদা চৎহনবা ঙমহল্লে।

মাও সে তুং অমসুং মাগী কাংবুগী থবকশিং অসিনা উৎ-পিন্দি মী অমগী গুণবু পূজা তৌবা অদুগা পার্টি মনুংগী গণ-তন্ত্র থুগাইবা অসিনা পার্টিনা লমজিংবগী থবক অদু মাংহল্লকই অমসুং পার্টি অদুমক হিংবদা অকিবা পীরি।

মাওগী রাখল অসিনা কমিউনিষ্ট আন্দোলন মনুংগী রাখল ওইবন্দগী সাইন্টিফিক সোসিয়েলিজমগা শাথিনা ফোংনা য়ানল্লবা অদুগা পৃথিবীগী কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টকী মায়োক্তা লড়াই তৌরিবা জাতিয়বাদিগী রাখললোমদা চংশিল্লক্লে। খ্বাইদগী হেন্না থুদোংথীরিবদি মাওগী রাখল টল্লিবশিং অসিনা মখোইগী থবকশিং অদু "বামপন্থী"গী রাহৈশিংনা কুপশিন্দুনা থমলগা অমসুং মখোইগী আইদোলোজি অদু "হৌজিকী মতম অসিগী খ্বাইদগী মপুং ফানা রাংলবা মতোন" অদুনি হায়না তায়-জিন্দুনা কমিউনিষ্ট মুভমেণ্টপু মনুংদগী থুগাইনবা হোৎনরিবা অসিন।

মশিং য়ামলবা মরুপ মপাং ওইবা পার্টিশিংগী মার্ক্সিষ্ট-লেনি-নিষ্টকী মরা চেৎলবা ফিভম, মখোইনা প্রোলেটরিয়ান ইন্টর-নেসনেলিজমগী নিয়মশিংবু চেকশিন্না ডাকপা অদুগা বিপ্লবী ওইবা অমসুং চাউথৎপা পাঙ্গা শক্তিশিংবু পুন্না কনথৎহন্নবা অবেপ্পা লৈতনা থেংনবা পুন্নমক অসিনা মাওগী কাংবুগী আইদোলোজি অমসুং পোলিসিবু মশক শেংনা উহনবদা মতেং পাংই অদুগা মখোইগী আইদোলোজি অমসুং পোলিসি অদুবু পৃথিবীগী কমিউ-নিষ্ট মুভমেণ্টকী মনুংদা তেংঙাল্ল তাহনবা ঙম্মা।

মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্ট পার্টিশিংনা অফবা সমস্যাশিং পাংথোক্কনা কল্লা খোংনরি। মাওগী নিতিশিং অসিনা ফেল ওইবিবা অসি শেংনা উবা ফংলিবদি সোসিয়েলিষ্ট লৈবাকশিংনা তশেংনা ফংলক্রিবা, মঙ্গোল ওইরক্রিবশিং অসিগী ওন্না তৈনবদা থোরকপা অসিনি। মাওগী রাখলশিং অসিগী অল্লানবা অসি অতৈ মরুপ মপাং ওইবা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্ট পার্টিশিংগী অশেংবা

মঙ্গোলাশিং অসিদগী ময়েক লাম্না উনা ফংই প্রোলেতারীগী কম্যু-নিষ্ট মুভমেণ্ট অসিগী সধারন পরিং অসিদগীসু থংলকই। বিপ্লবী ওইবা গণতান্ত্রিক শক্তিশিং অমগা করম্না লম্বীনা সমাজ চাউথংহনবা ওইগদগে হায়না খল্লিবা জাতিশিংদ মাক্সিজম লেনিনিজম হায়বা শীনগী কাংলুপকী আইদোলোজি অসিংনা, মখোইগী সমস্যাশিং অদু পাংথোক্কবগী অমতা ওইবা অচুম্বা লম্বীনি হায়বসি ভাব তাহল্লবগী চপ-চাব ল্লাখল পীরি

প্রোলেটারিয়েটশিংগী পৃথিবীগী ওইবা নিতি অদু নিয়ম মতুং ইন্দুনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী কমিউনিষ্ট পাটিনা। চীনাগী কমিউনিষ্ট পাটি অমসুং পিপল্স রিপব্লিক অফ চীনাগা মরূপ মপাং ওইবগী মরি অদুগা পৃথিবীগী ওইনা পূল্লা লেপ মল্লবা হায়বসি থদংপা, থুগাইবা য়াল্লবনি হায়না লৌই।

মাওগী কাংবুনা চংথাববা লেনিনগী নিতিগা য়ানদবা লম্বী অসি কন্না থেংনবা অদুগা কাংবু অসিনা ইরাং থোক্কবগী পায়-থংলিবা থবকশিং অসি মাংহল্লবা মতিক চাবা থবক লোখৎপগা লোইননা এঁখোয়গা পাটিনা (সোভিয়েট ইউনিয়নগী কমিউনিষ্ট পাটিনা) পিপল্স রিপব্লিক অফ চীনাগা সরকার শেল মরি লৈনবা অদু হঞ্জিন্দুনা ফগৎহল্লবা লেপলি। শেল থুমগী অবস্থা ফগৎহল্লবা অমসুং অতৈ তেংবাংনবসু হেনগৎহল্লবা হোৎনার থৌনা ফল্লবা ভিয়েটনামগী প্রজাশিং কল্লনবা পূল্লা থবক পায়থংনবগী অমসুং সম্রাজ্যবাদিশিংগী মায়োক্তা পূল্লা থেংনমিল্লনবগীদমক্তসু লেপলি।

মাওগী কাংবুগী মায়োক্তা থেংনবা অসিনা মার্ক্সিষ্ট-লেনিনিষ্টকী নিয়মগী মথক্তা চীনাগী কমিউনিষ্ট পাটিগা মরূপ মপাং ওইব অমসুং তেংবাংনবা অদু অমুক হঞ্জিললক্কবগী লড়াইনি; চাইনিজ কমিউনিষ্ট পাটিনা সাইন্টিফিক সোসিয়েলিজমদা অমুক হল্লক্কবগী লড়াইনি। চীনাগী মনুংদা লৈরিবা মাক্সিজম-লেনিনিজমসু থাজরিবা অমসুং মাওগী নিতিবু য়াত্রিবা শক্তিশিং অদুদা ইণ্টর্ণেসনেলিষ্ট অমা ওইনা পীফম থোকপা মতেং পীবনি।

(কমিউনিষ্ট নং, ৪ মে ১৯৬৮)

